# An Introduction To The Theory of Indian Music




PART— III

অহুমশুবা খণ্ড



মমল— লুপা ৬৫০

শ্রীএ, কে, ব্রজবিধু সিংহ।

# ৱাহৈ অমনিদং

মীওইবনা পোকপদগী শিবফাওবগী মনুঙদ লাক্লিবা জ্ঞান কয়াবু, লোইশিন খোমজিন্দুনা থম্বিরগদবা মরম্না, মাঙখিবা ঙাক্তা ওইনা লোক্লে; মতুদং লোক্কনবা শঙ্গুরবদ, ভগবাননগী কৃপাদগী "গীতিকা মালা" তশুব থৌ অসি অমুক হোংলক্লগা পৌদাং কংজে। লাইরিক মচা অসিদা, সঙ্গীত শাস্ত্র অমসুং গায়ক কয়ানা চৎনরিবা Theory অমসুং Practical কয়া মুক খোম-জিন্দুনা হৈজে। Theory দ সং-বিশারদ ফাউনা থংফম লোকপা শরুক, অদুগা "জন্য রাগ" তরাগী আলাপ, বিস্তার, তান অমসুং ধ্রুপদগী দুগুণ তিগুনচিংবা অমাদি রাগাশিংগী ময়াদমস্তু, যাবংবৈ শুগাইবা মওঙদ ইখোকচৈ। মশিদ য়াউরবা ঈশৈশিংস্তু মশাক মাইবা ঙাক্তানা। বিদ্যার্থীশিংনা মথম্মত পাঙ্জরগা শক্তোকপা অদুম মওয়গনি খঞ্জে।

সঙ্গীতপু সেবা তৌজবতনা ঈপোনা থজ্ঞরবা অপাঙবা এরেন, খোমজিনবদ ফংজবা থরদং চেগী উপুদ হাপ্পুনা, সভ্য-সমাজগী মফমদ কচ্চরি। অদুগা লাইরিক মচা অসিনা সমাজগী কানবা ফংলবদি মদুগী মহৈ পুন্ন, ভগবানগী চরন্দ কথোকচরি।

ভক্তিগা লোয়নন
ব্রজবিধু।

---

অকোঙব — একে. নির্মলা।

হিরম লমাই

# খ্যাল কম্দৌনা শককদগে হাঙ্গৈবগী নিযম তাকপ।

খ্যাল শকপা মতমদ। শক্লিবা খ্যাল অচুগী মুখরা অচু অহানবমক্তদা লৌরগা মথঙদা আলাপনচিবা তৌবা অচুগা সম্ অমুক লাকপা মতমদা হাঙ্গৈগ্রবা মুথবা অচুগক্ লৌচুনা সম্ অচু উৎতুনা শক্লবা অসি উবা ফই। অহানবা হৌবদগী স্থায়ী অন্তরা নীঙ্খি।। শকমগা আলাপ তৌবা অসি উদে। অস্নম্না তৌবা মতঙ্ অসি ঈশৈ ময়েক্ কাওখিদুনা মশাগী অরানবশিবু কুপাশিন্নবা হোৎনবা মাল্লি। ঈশৈ হায়বা অ'সদি শব্দ অমস্ত স্বর অনি অসিগী ওইবা মওঙদা শক্লিবা ঈশৈ অচুগী রাহৈ পরেগী ওইবা ফজবা রস অচুবুস্ত ফোঙদোক্লুনা উৎপা অচুতবু মপুঙ্ ফাবা কৌনৈ। মরম্ অসিনা খ্যাল শকপগী থাইনদগী চৎনরক্লবা ক্রমদি মখাগী অসিনা অচুম্বা অদুগা পুম্নমক্লস্ত যামরবা নিয়ম্নি।

১। অহৌবদা ষড়জবু নিঙ্থিনা উৎপা।

২। ষড়জবু নিঙ্থিনা হাইদুনা স্বর পুম্বা হোন্দোক্লবগী তুংদা তালগা কোম্না স্থায়ী অন্তরা নিঙথিনা শকতোকপা।

৩। স্থায়ী অন্তরা শরুবগী তুংদা, অকায়বনদিংবা ময়েক্পা স্বরালাপ তৌবা হোৌগনি। হাঙ্গ্রবা আলাপচারী অদুদা শরুকিবা রাগ অদুগী মশক অদু উৎতুনা, মাদুগী গ্রহ, অন্স অমদি ন্যাস স্বর অদুবু কেন্দ্রদা থম্লগা মাগী অকোঙ্গবদা লৈরিবা স্বরশিং অদুগা লোঙ্গনহল্লগা, স্বরশিং অদুগী ভাব মপুঙ ফাহনগনি; আলাপকি অহৌবদা মধ্য ষড়জদা মপুঙ্ ফানা ন্যাস্ তৌগনি আলাপকি মথঙ-মনাও নাইনা ফোংদোকপগী খুদমাদ এখোইনা "জৈ মনি কল্যান" শক্লি থাঙ্গনা লৌরশি। আলপক অহৌবদা মধ্যষড়জবু কেন্দ্র-বিন্দু নি থাঙ্গনা লৌদুনা মন্দ্র সপ্তকক তৌথান্ তৌথানবা স্বরশিংগী জড়াগা তাইনহনবা, মাদুদি — ধ নি,, র্ম নি,, গ নি, অমদি অতোপ্পা লোইনরক্লবা স্বরশিংবু ফোংদোক্লুনা ষড়জদা হন্না হন্না স্থির তৌগনি। অমুকস্থ মথঙ্গশিংনা, অমমতা ওইনা ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, নিষাদ অমদি অমর ষড়জবু কেন্দ্র-বিন্দু লৌমদুনা তৌরিবা আলাপ্ অদু থাকথোক্হনগনি। মতৌ অসিগুম্মদুনা, রাগ অদুবু বিকাস তৌবগী লোয়নবা ভাব-বিকাসস্থ ওইহনগনি। জৈমিনি কল্যানদদি স্বর খুদঙমক্পা লোপ্পা য়াই, মরম অসিদগী স্বর পুম্নমক কেন্দ্র বিন্দু ওইনবা হাইবতনি। অতোপ্পা রাগশিংদাদি, শরুক্না রাগ অদুগী আরোহাবরোহ, স্বর-সঙ্গতি, অল্পত্ব বহুত্ব, বক্র চলনচিংবা, য়াইশিং অসি বিচার তৌদুনা আলাপ্চারি অদু বিকাস্ তৌননবা হোৎনগনি।

হৌজিক্ কান্দা, কনাগুম্বনা, অন্তরাদস্থু আলাপ্ তৌবা য়াওনরে। তৌইগুম্বস্থু মথঙ্-মথঙ্ ক্রম্ ওইনা উৎপদা,

বোলতানগী অনিশুবা মওঙ'দ তিহাঈনি। স্থায়ীগী মুখরা অমসুং অন্তরাক হাঈবদা সমদা য়োয়ক্লবা, স্থায়ীগী করম্বা মাত্রাদগী লৌরগা চাবগে হাঈনা অমসুং য়েংক্লনা তোঙান-তোঙানবা মশক্কি মুখরা লৌদুনা উংকনি।

ধ্রুপদকি অঙ্গদদি, ঈশৈ অদুগী শব্দ অমসুং তোঙান তোঙানবা লয় কয়ামুক্তা, হয়রা উচ্চারণ তৌই অদুগা খ্যালগী অঙ্গদনা শব্দালাপ অমসুং বোলতান লৌনগী চৎনবি অসি, গানবিদ্যাগী মপুঙফানা ফোঙদোকবগী ক্রিয়াদা শিজিন্নৈ অমসুং মসিগী মুলবু ঐখোয়না "বৈদিক গাণ ক্রিয়া" হাইনা কৌই। বেদ-পাঠগী পরম্পরাদসু জটা, ঘন, হাঈনবচিংবা তোঙান তোঙানবা আর্থ উৎপা শব্দদা বিন্যাস তৌনৈ অমসুং অদুগুম্বা পরম্পরাদগী চৎনরক্লবা অদুগী খুদমইনবা ওইনা সঙ্গীতকি গানক্রিয়াদসু তৌই মসিতদা আর্থ ভাব অমসুং রসবু য়োকখৎলি অদুগা শ্রুতাশিংসু ভাবতা লুপ্লুনা লৈনৈ। অসিগুম্বা শকপগী নিয়ম অসি শিঙথানরবা অমদি পরম্পরাগী ওইবা নিয়মনি। অসিগুম্বা শৈশক অসি ভারতকি মফমশিংগী মনুংদা, খ্যাল গায়কীদা লেঙদনা লৈরিবা, চিংনবা লৈতনা শিঙথানবা মফমদি গ্বালিয়রতনি হাঈনা গায়কশিংনা শিঙথানৈ।

৫। অসিগী মখাঙদা লয়বদ্ধ ওইবা তানশিংনা খ্যাল অদুবু অমুক শেমগৎলি। হাঈরিবা তান অসিদা; মথল মথা অয়াম্বগী বর্ণালঙ্কারগা লোঈননা য়াম্না হৈশিংবা উৎলি। মতৌ অসিগুম্বা

তামক্রিয়া অসি নিঙথিনা উংলবগী তংদা মধ্য নত্রগা দ্রুত লয়গী ওইবা ইশৈ অমুক শকপা অসি চৎনৈ।

## ভাবকি মতুঙ ইন্না স্বর-উচ্চারণ তৌবা

হৌজিক কালদা এখোয়গী শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অসি তানিরিব-শিংনা হকো-খোওয়াবনবা অসি উবা ফংই। স্বরগী Permitation (বিনিময়) অমসুং Combination (সন্ধি) অসিদা শেমজিনা শকপা আলাপতান লৌজিনা সমুদা লাকপা—অসিতনা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতক চুমথৈনি হায়না লৌবা, লাইরিকগী লোথোক্তুনা শকপা গায়কশিংনা মপুং ফাহন্দবা অমসুং অরুচি ওইবা অসি পোক্‌হনবনি মতুনা সুম্বাইবা পামদবা অসিমু শোঙ্গদনা থোক্কনি। মতাঙ অসিদা শঙ্গোমদা ঙ্গশং য়াম্নবগী ভাব অমদি লৈ অতনা মতুংমু থোক্কনবা তোৎনবনা মরু নি।

রাহৈনা, মীওয়বগী পুক্নিংগী রাখল ফোংদোকপা মতমদা অমদি অয়ুক পুমিদাং রা—ঙাঙনবদসু স্বরগী অনেম-অরাঙ, অথোৎপা-অমেঙবা অমদি অকনবা অসি মী থুদিঙমক্না লোয়না শিজিন্নবা ঙাক্কনি। অসিগুম্বা মওঙশিং অসি মাগী মাগী ভাব-রস অদু মপুঙ ফানবগীদমক্তা শিজিন্নরকপনি। অসিদা নত্তুনা ব্যাখ্যা তৌবদা, কবিতা পাবদা, অভিনয়দা অমসুং সঙ্গীততা শিজিন্নে হাঙ্গবসিমসু অচুম্বনি।

মথক্কি অসিগুম্বা, রাহৈ সিজিন্নবগী মওঙ অসিদা স্বরগী রাংথৎপা অমসুং নেমথবা হাঙ্গবা অসিগা য়াম্না মরী লৈনৈ অতুগা

সঙ্গীতকিদি "স্বর" হায়বা অসিদনা থোরাইগী শক্তমনি। থোইদোক হেন্দোক্লা, শেমগৎলক্লিবা ভাব্ অদু কোংদোক্নবগীদমক্তদি স্বর অসিত্তনা ওই। সঙ্গীততদি ৱাহৈনবু ওইরবস্তু, ওইদ্রবস্তু মাদুগী থুপ্লবা আর্থ পুম্নমক স্বরতনা আত্মা ফাওবা পুশিল্লি। সঙ্গীতকি স্বরশিংগী ৱাংখৎপা নেমথবগী মনুঙ্দা মাদুগী অল্প অমস্তং দীর্ঘ ওইনা হাঙ্গবা, মাদুগী পাকথোক্পা অমস্তং শাংদোকপদা অনেম অৱাংদা, নিকপদা, অন্দোলন তৌগী মওঙ্দা, মীড়দা, তপ্পা, থুবা অমদি য়াইমরম্বা ওইবা গতি অসিনচিংবা কয়ানা রস্ পুম্নমক কোংদোকই, মসিমক্ হায়বদনা ৱাৎনা থোকই। মরম অসিনা শকপা মতম পুম্বদা কণ্ঠদা রাগানুকুল, ভাবানুকুল অমদি রসানুকুল ওইননবা, পরিবর্ত্তন তৌত্রনা শকপা অসি থাবা য়াদ্রবা নিয়মনি।

ময়েক্লা অমগা অমগা ভিন্নবদগী ৱাহৈ হাইবা অসি ওইরকই অমস্তং তোঙান তোঙানবা মওঙ্ তাবা ফংই অহেগু ফুনা, বর্ণশিং অদুবু অনেম-অরাংগী মওঙ্দা শিজিন্নবদগীস্তু অনৌ অনৌবা আর্থ অমস্তং মওঙ্ থোকই। মাদুদি ব অমস্তং ন হাঙ্গবা ময়েক অনিথক লৈরে হাঙ্গনা লৌরসি; মখোঙ্গী অনি অসি ভিন্নরগা "বন" হাঙ্গবা ৱাহৈ অসি ফংই অদুগা মসি অমুক অবরোহ তৌরগা "নব" হাঙ্গবা অসি ফংলে, মাসি ভাব মান্নদে আর্থস্তু মান্নদে। অদুদগী অমুক্ হাঙ্গিথ্রবা "বন" হাঙ্গবা ৱাহৈ অসিমক্তদা আ, জা, থা, গা, ভা, অসিনচিংবা চানবা ময়েকশিং অসি অমুকা তিনশিল্লবদি, আৱন, থাৱন, ভাৱন অসিনচিংবা কয়ামুকস্তু অমুক

পোকখ্রে। মতাঙ্ অসিদা উৎ'লবা অ'সগী ভাবতি, শব্দদা তৌরিবা অসিগুম্মতুনা স্বরশিংদা তৌরবস্নু মখল মখলগী ওইবা মওঙ্দা ভাব কয়ামুক অচুম্ব পোকই; মখোক্ অমাদি স্বরশিং অসি অমগা অমগা চিন্নবদগী, খাইদোকপদগী, আরোহা-অবরোহদগী, স্পর্শদগী, সঙ্গতিদগী, বিসঙ্গতিদগী, অমাদি ভাবাত্মক ওইবা তোঙান-তোঙানবা মওঙ্গী উচ্চারন তৌনদগী, মশিং লাইদ্রবা আর্থ কয়ামুক পুই, পুল্লবা পরিণাম কয়ামুক ফংমতুনা লৈ। অতুনা সঙ্গীতকি মনুঙ্দা লৈবা রস পুম্নমকপু শেম্লনবা মরু ওইবদি মথাক্ত আসতনা ওই। মরম অসিনা শিক্ষা পাবা মওংদম্ব লৌবা মতমদস্নু মশিংতনা স্বর লয়গী অমস্তুং রাগ তালগী কুপ্লবা ফত্নবু খঙবা ঙম্মি। মশিংতদা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতপু ভাব লৈতে হাঙ্গবা কাঙবু অচুগী মচিন্ মেনবা ঙমগনি।

মখোক্ক আর্থ হাঙ্গবসি স্বরগী গুণধর্ম হাঙ্গবতনি। স্বরগী বর্ণ, 'কাকু' হাঙ্গবা আসনচিংবা অসি রস্ শেমগৎনবগী তঙাইফদ্রবা অমনি। মক্কম খেন্নবা, হাঙ্গদোকপদা খেন্নবা অমদি গতি খেন্নবা অসিদগী স্বরগী মশক হোংলকই, মশিংকপু স্বরগী গুণধর্ম কৌই। ভাবপু ফোংদোক্লবগীদমক্, স্বরদা 'কাকু' শিজিন্নবা হাঙ্গবসি তৌদবা যাদ্রবা অমনি। কাকু হাঙ্গবা অ'সগী আর্থবু স্বরগী তোঙান-তোঙানবা মওঙদা ভাব ফোংদোক্লবা হাঙ্গবা অতুনি। হাঙ্গবদি, ঈশৈ শকপা মতমদা, অরা-অনুভাইগী ভাব অচু ফোংদোক্লবগীদমক খোম্থোক হোংনা হোংনা শিজিন্নরকপা অতুবু 'কাকু' কৌই। অসিগুম্বা ভাব পোক্লনবগীদমক্তি শেম-শাবগী মথা পোল্লি, মরম অসিনা গায়কশিংনা,

নিঙ্‌তম্না খোঙ্গেল্‌ শিজন্নবা ঙম্নবা তম্বনা সাধনা তৌবনা অথোইবনি।

## ভারততা চৎনরিবা সঙ্গীতকি কাণ্ড্‌লুপ অনি

ঐখোয়গী ভারত অসিদা চৎনরবা উচ্চাঙ্গ সঙ্গীত অসি মথল অনি শুই:— মাদুদি—"হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতি" অমসুং "কর্ণাটিক সঙ্গীত পদ্ধতি"। অহানবা অসিনা উত্তর-ভারত হাঙ্গৈবদি অরাং ভারতত, অতোপা অনিশুবা অসিনা দক্ষিণ ভারত হাঙ্গৈবদি খা-থংবা ভারততা চৎলৈ। মখোঙ্গী অসি উত্তরী সঙ্গীত পদ্ধতি অমসুং দক্ষিণ সঙ্গীত পদ্ধতি হাঙ্গৈনসু কাউম থৌরে। মখোয়গী মান্নবা অমসুং তোঙানবা অদু মথাগী অসিনি:---

### মান্নবা

১। মথক্কি পদ্ধতি অনিমক অসি স্বরতে ভেদগী তৌনা তৌজিক ফাওবা চৎনরনা লাক্লি।

২। সপ্তক অমাদা শুদ্ধ অমসুং বিকৃত-স্বর পুল্লগা স্বর মশিঙ ১২ নি হাঙ্গৈবা অসি অনিমক্তা মানৈ।

৩। অনিমক্তা, সপ্তকি শুদ্ধ অমসুং বিকৃত-স্বর ১২ দগী থা শেমই।

৪। অনিমক্তা, "থাট-রাগগী" সিদ্ধান্ত অসি অদুম্মক মানৈ।

৫। অনিমক্তা, ঔড়ব ষাড়ব অমদি সমপুর্ণ, হাঙ্গবা তোঙান্-তোঙানবা রাগ জাতি মাপল্ শুই হাঙ্গবসি অদুম য়াদৈ।

৬। অনিমক্তা, অকার অমদি "তে নে রী না তোম্ নোম্" অসিন-চিংবা শব্দনা আলাপ তৌবা য়াদৈ।

৭। অনি অসিদা ঈশৈ শকপগী মওঙ পুথোকপা অসি থাঙ্গনগী প্রবন্ধ গায়ন হাঙ্গবা অদুদগীনি। হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতিনা "ধ্রুবপদ" হাঙ্গবা অদুদগী, কর্ণাটিক সঙ্গীত পদ্ধতিনা "কীর্তন" হাঙ্গবা ঈশৈ মওঙ অদুদগীনি। মশি থাইনগী "প্রবন্ধ গায়ন,' হাঙ্গবা অদুদগী থোকপ ন।

৮। অনিমক্তা, সুগম সঙ্গীত, অমদি শাস্ত্রীয় সঙ্গীত হাঙ্গবা মখল অনিমক অসি অদুম লৈ। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতনা ধ্রুপদ, ধামার অমদি খ্যাল অসিনচিংবা অসিনা শাস্ত্রীয় ওইনা, অদুগা ঠুমরী, ভজন, গজল অসিনচিংবা অসিনা সুগম-সঙ্গীত লোমদা লাকই। অসিগুম্না কর্ণাটিক পদ্ধতিদনা কীর্তন, কৃতি, বর্ণম্ অসিনচিংবনা শাস্ত্রীয় ওইনা অদুগা জাবলী পদম্ অসিনচিংবনা সুগম-সঙ্গীতকী কাংবুদা লাক্ই।

## খেন্নবা

| হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতি। | কর্ণাটিক সঙ্গীত পদ্ধতি। |
|---|---|
| ১। শুদ্ধ অমসুং বিকৃত স্বরগী মমীঙ, কর্ণটিক পদ্ধতিগা মান্নদে। | ১। শুদ্ধ অমসুঙ বিকৃত স্বরগী মমীঙ হিন্দুস্থানি পদ্ধতিগা মান্নদে। |
| ২। শুদ্ধ থাট, বিলাবল থাটনি। | ২। শুদ্ধ থাট কনকাঙ্গী কোই। |
| ৩। পূন্না থাট ১০নি। হাঙ্গৈরিবা থাট ১০ অসিদগী রাগ পুন্নমক থোকই। | ৩। পূন্না থাট ৭২ নি। তোই-শুন্নসুঙ চৎনবদদি থাট ১১ অমদি ১০ দগী রাগ পুন্নমক থোকই। |
| ৪। আলাপ্ তৌবা স্বর হাঙ্গৈবা অমদি গমক্চিংবা শিজিন্নবা খেন্নে। | ৪। আলাপতৌবা, স্বর হাঙ্গৈবা অমদি গমক্চিংবা শিজিন্নবা হিন্দুস্থানী পদ্ধতিগা মান্নদে। |
| ৫। খ্যাল, ধ্রুপদ, ধমার, টপ্পা, ঠুমরি তরানা, লক্ষণগীত, সরগম, চতুরঙ্গ, গজল, ভজন চৈতী, সাৱণ; অসিনচিংবা ঈশৈগী মওঙ অসি চৎনৈ। | ৫। কৃতি, বর্ণম, কীর্তন, তেরুরম, পদম, জাৱলী, তিল্লানা অসিনচিংবা ঈশৈশিং অসি চৎনৈ। |

| হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতি। | | কর্ণাটিক সঙ্গীত পদ্ধতি। |
|---|---|---|
| তালগী মওঙদসু খেনৈ। হিন্দুস্থানীগীনা খালি, ভরি, অনিমক্ক লৈ। | ৬। | কর্ণাটিক পদ্ধতিদনা 'ভরি' তালদমক্ লৈ, অদুগা খা-লিদি লৈতে। |
| হিন্দুস্থানীগী রাগ থরদি, শকপা মতমদা অতোপ্পা রাগ থরগী ফজনা মওঙ্ উৎপা য়াওই মাদুদি :— পীলু রাগ শকপা মতমদা ভৈরবি; ভিমপলাসীগী মেল উবা ফংই। | ৭। | কর্ণাটিককী রাগ শকপদা অতোপ্পা করিগুম্বা মেল অমগা উৎপা য়াওদে। |
| হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকি রাগ শকপগী মওঙগা, কর্ণাটিকি মওঙগা য়াম্না খেন্নে। মশিগী গায়ক-বাদকশিংদি রাগ অমত্তুং শকপদা, য়াম-ম্লবদা পুঙ অমদগী তাদনা চঙই। অনৌ-অনৌবা স্বর সঙ্গতিগী মওঙ উৎপদা মতম কেয়া চংই। | ৮। | কর্ণাটকি মওঙ অসিসু হিন্দু-স্থানীগা য়াম্না খেন্নে। মসিগী গায়ক-বাদকশিংনা করি-গুম্বা রাগ অমা শকপা অসি চাওরাক্না মিঃ ১৫ দমক শক্নে। পুঙ অমগী মনুঙদদি রাগ ৪/৫ দি অদু-ম্মক শকই। |

# ভাতখণ্ডে অমসুং বিষ্ণুদিগম্বরগী স্বরলিপি
## ইরগী মওঙ

মথক্তা হাঙ্গ'থ্রবা অনি অসিগী স্বরলিপি ইবগী মওঙশিং অমগা অমগা হমা। মাসিদে মাদুদি

ভাতখণ্ডেগী মওঙনা মথাগী অসনি

১। শুদ্ধস্বর ইবদা কবিংম্বা অতোপ্পা থুদম অমত্ত চাপতে। মাদুদি— গ ম প ধ।

২। কোমল স্বর খঙ্ঙনবা স্বরগী মখাদা থুদম অমা চিং-ই মাদুদি —কোমল গান্ধার = গ।

৩। তিব্রস্বর খঙ্ঙনবা থুদম্ম' স্বরগী মথক্তা থেংখ অমা চিং-ই। মাদুদি— র্ম = তিব্র ধ্য।।

৪। মন্দ্রসপ্তক মশক খঙনবনা স্বরগী মখাদা বিন্দু থই মাদুদি — ধ ন স।

৫। মধ্য সপ্তককি স্বরশিং দি থুদম্ অমত্তা থাওদে মাদুদি— গ ম প

৬। তারসপ্তক খঙনাবনা স্বরগী মথক্তা বিন্দু থম্ই মাদুদি— স রে গ ম।

৭। "‿" অসিগুম্বা খুদম অসিগী মমাঙ "ক শ' কৌই। মশিগা মক্তুঙদা লৈরম্বা স্বর পুম্নমক্ মাত্রা অমগী মক্তুঙদা হাঙ্গিগনি। মাহ্রদি— গম গাপ মপধন। অদুগা মশিগুম্বা মওঙ অসিদা খঙনবা মওঙ অমনা। গম অসি গ অমসু ম অসি মাত্রা ১ মথাই অমগমনি। অসিগুম্না গমপ অসিদা য়াওরিবা স্বর অম মম্॥ মাত্রা অমগী ১/৩ নি অমসু গমপধ অসিদনা মাত্রা অমগী ১/৪ নি। অসিগুম্না গমপধ অসিদা॥ গমপ অসি মাত্রা অমগী ১/২ দা। অদুগা মাত্রা অমগী ১/৪ দা স্বর অমগমবু হাঙ্গিগা। অদুগা লেমহৌবা ধ অসিনা মাত্রা ১/২ অমদা হাঙ্গিগনি।

৮। "⌒" হাঙ্গিবা খুদম অসি॥ স্বরগী মথক্তা লৈরমবদি মাহ্র মীড ওইনা হাঙ্গিগনি মাহ্রদি— সধ। মশিদা স দগী॥ ধ ফাওবা অসি শম্নবা হাঙ্গিগনি।

৯। "—" খুদম্ অসিনা করিগুম্বা স্বর অমগী মমাঙদা লৈরমবা হাঙ্গিখ্রিবা খুদম অসিগী মশিঙগী মচুঙইবা খুদম্ অম॥ মাত্রা অমগী চা দা লোত্নবা খুদমগা তাইনবা মচুঙ্গী স্বর অদুমক্তা লৈরমিবা মাত্রা মশিঙ অদুগী মতম্ অদু ফাওবা শা দোকই মাহ্রদি — "গ— — —" অসিদা গ গী মখোল অদুনা মাত্রা অহুম ফাওবা শাংদোকনি।

১০। "S" খুদম অসিদনা গণক্তা হাঙ্গিখ্রিবা অসিগুম্না শক্লিবা ঈশৈ অত্নুগী রাইহৈদা শিজিন্নৈ মাত্নদি —' | নি ঃ র ভ | রণ"

১ । "প / ম —অসিগুম্বা করিগুম্বা স্বর অমগী গণক্তা স্বর অমা লৈবা অসিবুনা "কণ স্বর" কৌই। মসিবু হাঙ্গিবা মতমদা মথক থ বা স্বরনা হৌন্‌গনি।

১১। "(প)"—অসিগুম্না করিগুম্বা স্বর অমবু ব্রেকেট্‌না কোই শিল্লম্‌লবদি স্বর অত্নুগী মাক য়েংকি স্বর অত্নু থুনা লোত্নগা হাঙ্গিগনি মাত্ন দ— (প)—ধপমপ অম্নুম্না।

১৩। "X" অসগুম্বা খুদম অসিনা তালদা শিজিন্নৈ। সম্‌ কৌই। মসিনা তাল খুদিঙ মক্কি অহৌবনি হাঙ্গিনা থঙ্‌নৈ।

১৪। ০"— খুদম অসিমক্ত তালদা শিজিন্নৈ। মসি খালি কৌই অত্নুগা মসি লৈবম্না মফম অত্নুদা তাল থাবোই।

তালগী মশিঙ্‌ পীবদি, অহৌবগীনা "সম" মা ওইহনখ্রগা মথাদা লাকপা তালগী মফম পুম্নমক মশিঙ মা হাঙ্গিবদি ২ ৩ ৪ অসি হাপই।

## বিষ্ণুদিগম্ববগী স্ববলিপি

১। শুদ্ধস্বর ইনলবগীদমক্তদি (তিব্র মধ্যম য়াওদনা) করিগুম্বা খুদম অমত্তা য়াওদ্রবস্ন চৎনৈ।

২। কোমল স্বর মশক খঙ্‌নবগীদমক্তা, স্বরগী মথাদা হলন্তু হাপ্লগা কোমল স্বরনি হাঙ্গনা খঙ্‌নৈ মাদুদি — গ । র স ।।

৩। তিব্রমধ্যমগী খুদমশু মধ্যমগী মথাদা "হলন্তু হাপ্লগা খঙ্‌নৈ মাদুদি — "ম্‌ তিব্রমধ্যমনি।

৪ মন্দ্র স্বর মশক খঙ্‌নবগীদমক স্বরগী মথক্তা 'বিন্দু অমমম্‌ নম্‌ই মাদুদি — প ধ নি অসিনি।

৫ মধ্য সপ্তক অসিগীদি করিহেন্না খুদম অমত্তু য়াওদে।

৬ তার সপ্তক মশক তাক্লবগীদমক স্বরগী মথক্তা "।" অসিগুম্বা রেখা অমা চিই মাদুদি — স রে গ তার সপ্তকনি।

৭ মাত্রা অমগী মতমদা স্বরশিংবু হৈবা তারবদি মাদুগী মথাদা "দ্যাস" "— খুদম অসি হাপই মাদুদি — "রে গ ম প। স্বর অমমমনা মাত্রা অমমমনি।

৮। মাত্রা অনিগী মতম্ম হাইবা খঙ্‌নবা খুদম্মা "‿" অসিনি। মাদুদি — "গ"— অসিদা গ অসি মাত্রা অনিগী মতম কাওবা চংলৈ।

৯। "o" অসিনা স্বরগী মথাদা লৈরমবদি স্বর অত্নমক মাত্রা মথাই = ই দা হাঙ্গিগনি মাত্নদি — ম গ।
o o

১০। করিগুম্বা স্বরগী মথাদা খুদম "—" অসি লৈরম্নবদি স্বর অত্নমক মাত্রা অমগী ইনি হাঙ্গিনা খঙনগনি।

১১। করিগুম্বা স্বরগী মথাদা ◡ খুদম অসি লৈরম্নবদি স্বর অত্ন মাত্রা অমগী ইনি হাঙ্গিনা খঙনগনি।

১২। "◡" খুদম অসিনা করিগুম্বা স্বরগী মথাদা লৈরমবদি স্বর অত্ন মাত্রা অমগী ◡ দা হাঙ্গিগনি মাত্নদি — ম প ধ।

১৩। "—" খুদম্ অসিনা স্বরগী মথাদা লাম্রবদি স্বর অত্ন মাত্রা অমগী ইু দা হাঙ্গিগনি মাত্নদি গ ম প।

১৪। করিগুম্বা স্বরগী মখোল অত্ন শা দোকহনবা তাবদি "S খুদম অসি থমগনি মাত্নদি প S।

১৫। শক্লিবা ঈশৈ মরোল অত্ন শা দোকহনবা তাববদি "— — — — —" হাঙ্গিবা খুদম অসি থমই।

১৬। কোমা "," অসি থনম্লগা মাতুদা পোৎথাকম লেপকমনি।

১৭। "।" খুদন অসিনা আবর্ত্তন অমা মপুঙ্ ফারে হাঙ্গবা খণ্ড্ ননবনি।

১৮। "॥" অসিনা স্থায়ী লোইরে হাঙ্গবা খণ্ড্ নবনি।

১৯। "।॥" অসিনা ঈশৈ পুমলোই লোইবা খণ্ড্ নৈ।

২০। "ম / প" অসিনা কণ-স্বরগী খুদমনি। ম দগী হৌদুন উচ্চারণ তৌগনি।

২১। ধস অসিনা মীড়নি হাঙ্গবা খণ্ডনগনি।

২২। "১" অসিনা তালগী সম্নি।

২৩। "+" অসিনা তালদা কাককি খুদমনি।

## হিন্দুস্থানী অমসুং কর্ণাটিক স্বর চাংদম্নবা

হিন্দুস্থানী অমসুং কর্ণাটিক অনি অসিগী চৎনবী মতুঙ্ ইন্না অনিমক্তা সপ্তক অমদা স্বর মশীং ১২ শুই হাঙ্গবা অসি অনিমক্তা অচুম্বক য়াবৈ, অদুবু মমীঙদদি হোংদোক হোংজিন তৌবমা থরদংদা খেন্নবা উই। কর্ণাটিকি শুদ্ধ রেধ, অসি

হিন্দুস্থানীগী কোমল রে, ধ অসিগা মান্নে অন্নগা। ঐখোঙ্গী শুদ্ধ রে ধ অসিমা মখোঙ্গী শুদ্ধ গ, নি অসিগা গানৈ, মান্নু মখাদা উংজি।

| হিন্দুস্থানী স্বর | কর্ণাটিক স্বর |
|---|---|
| ১—সা | ১—সা। |
| ২—কোমল রে | ২—শুদ্ধ রে |
| ৩—শুদ্ধ রে | ৩—পঞ্চশ্রুতি রে, শুদ্ধ গ |
| ৪—কোমল গ | ৪—ষটশ্রুতি রে, চুম্নগী গ |
| ৫—শুদ্ধ গ | ৫—অন্তর গ |
| ৬—শুদ্ধ ম | ৬—শুদ্ধ ম |
| ৭—তীব্র ম | ৭—প্রতি ম |
| ৮—পঞ্চম প | ৮—প |
| ৯—কোমল ধ | ৯—শুদ্ধ ধ |
| ১০—শুদ্ধ ধ | ১০—পঞ্চশ্রুতি ধ, শুদ্ধ নি |
| ১১—কোমল নি | ১১—ষটশ্রুতি ধ, কৈশিক নি |
| ১২—শুদ্ধ নি | ১২—কাকলী নি |

মরম অসিদগী কর্ণাটিক সপ্তক অমগা হিন্দুস্থানীগী স্বরগা অমুক চাংদম্নরবদি মখাগী আসনি :—

কর্ণাটিক সপ্তক— সা রে গ ম প ধ নি।

হিন্দুস্থানী স্বর— সা রে রে ম প ধ ধ।

মথক্কা উৎখ্রিবা কর্ণাটিক সপ্তক অসিবু মখোঙ্গীমা 'মুখারী মেল' হাঙ্গীনা কৌই স্বর শ অসিনা (মেথকক্রুবস্ত মাঙ্গুবু কোমল স্বরনি হাঙ্গীনা কদোইঙদস্ত লৌদে।

## পণ্ডিত ব্যঙ্কটমখীগী থাট ৭২ শেম্না

অহানবদা সপ্তক অমদা য়াওবিবা স্বর ২ মকপু খঙ দোকউ মাহুদি — সা রে রে গ গ ম ন প ধ ধ নি নি সা।

মথক্কা উৎখ্রিব স্বর ১১ অসিগী মনুঙদগী তিব্রমধ্যম অসমু মশম থরাদমক লৌথোকউ অদুগা মাহুগী মতুঙ্গা অরাঙবা (তার) সা হাপ'চল্লু অদু যৌগরবাদ হাঙ্গীখ্রিবা স্বর ১২ অদু মখাগী অসি ওইনা অমুক ফকলগনি মাহুদি —

সা রে রে গ গ ম প ধ ধ নি নি সা অসি ফকলে। মসিবু শরক চপ মাননা অ'াথোক্না শাঙ্গদোক্লগা মথাদা উৎলিবা অসিগুম্না অমুক উবা ফকলে অদুগা অহানবা তখাই অদুবুনা "পূর্বার্ধ" অদুগা অকোনবা অনিশুবা তখাই অদুবুনা "উত্তরার্ধ' কৌবগনি মাহুদি —

| পূর্ব্বার্ধ | উত্তরার্ধ | |
|---|---|---|
| সা রে রে গ গ ম \| | প ধ ধ ন"ন সা \| | অসি ফকলে \| |

হৌজিক মথক্কা উৎখ্রিবা স্বর ৬না শাবা তখাই অমা অমসু স্বর মরীঙনা উলট পলট" তৌদুনা মেলগী তখাইগী মওঙদা,

মাঘদবা মওঙ্, স্বরদি শেম্বা য়াই। অহানবদা পূর্ব্বার্ধ অসিমক
শেমশি মাড়ুদি :—

| পূর্ব্বার্ধ | উত্তরার্ধ |
| --- | --- |
| ১। সা রে রে ম | ১। প ধ ধ সাঁ |
| ২। সা রে গ ম | ২। প ধ নি সাঁ |
| ৩। সা রে গ ম | ৩। প ধ নি সাঁ |
| ৪। সা রে গ ম | ৪। প ধ ন সাঁ |
| ৫। সা রে গ ম | ৫। প ধ নি সাঁ |
| ৬। স গ গ ম | ৬। প নি নি সাঁ অসি ফংলে |

মথক্তা উৎখ্রিবা মওঙ্ স্বর অসি নত্তনা, অসেত্তায়া অনৌ
মওঙ্গী মেলার্ধদি—মথক্ত স্বরশিং অসিনা শেম্বদি অমুক ওই
থোক্কে, অদুনা ঐখোইনা ফংলিবা মেলগী তত্থাট অনি অসি
মপূম ওইনবা অমুক তাইশিন্নদুনা শেমলসি।

হৌজিক মেলগী তত্থাটশিং অসি করম করম্বগা তাইশিং
রগা মপূম ওইবা মেল ফঙ্গদগে হাঙ্গিবা ৱাফম অমা লাক্লে
মাড়ু মথাগী অশুম্না তৌগনি মড়ুদি :—

পূর্ব্বার্ধগী অহানবা পরেং (সা রে রে ম) অসিগা, উত্তরার্ধ
১ বা পরেংগা তাইশিন্নৌ, অসিগুম্না পূর্ব্বার্ধগী ১ গা উত্তরার্ধ

২শুবগা, অহুদগী ৩শুবগা, অমুকস্থ ৪শুবগা অহুম্না মথঙ্, মথঙ উত্তরার্ধদা ফ লিবা পাম্বে শি অসি লোইনমক অমমমতা ওইনা তিনশিল্পরবাদ পুর্ব্বার্ধগী ১বা পাম্বে অসিমশুগা উত্তরার্ধগী পাম্বে, ৬ অসিগা ৬ লক তিনশিল্পবা য়াগনি। হাঙ্গিবদি পুর্ব্বার্ধগী মেল তস্থাই ন, ১ অ সমশুনা ( স্বর ৮গী ওইবা ) মেল ৬ শোইদনা ফ বা ঙমই। মরম অসিনা পুব্ব র্ধদা মেলার্ধ ৬ লৈবা মরম্না মথক্তা হাঙ্গিগ্রবা নিয়ম অসিগুম্ন চৎপরবদি ঐখোঙ্গিনা হৌজিক মেল ৬×৬=৩৬ তি শোহদনা ফ বা ঙম্নগনি।

মথঙ দা মতম শবগী ওইবা থাহদোক্ত না পনম্বা ভিত্রমধ্যম অহু, ঐখোঙ্গিনা ১থক্তা শিজিন্নখিবা শুদ্ধমধ্যম অসিগী ১হুত্তা অমুক্তা হাপ্তুনা মথক্তা তৌগ্রবা নিয়ম অসিগুম্না অমুক্তা রচনা তৌরবদি অতোপ্পা ( থাট ) মেল ৩৬ অমস্থ অমুক ফঙ্গনি। অহুনদি পূম্না থাট মশিঙ — ৩৬+৩৬=৭২ ফংবা ঙম্মে হাঙ্গি বসি শোইদ্রে। হাঙ্গিরিবা থাট মশিঙ্ অসি গণিটকি পাম্পেনা পুখোকপদনি মখোঙ্গিস্থ লোইনমক্ শীজিন্দনা মেল ১৯ দা সাধারন ওইনা শিজিন্নৈ।

## বাগশিংগী জাতি অমস্থং মশিঙ

গীতিকামালা ১বা শরুক্তা অহানবা রাগ জাতি পুম্না ৯ শুই হাঙ্গিবা অসিগী মরম য়াওদ্রে অহুনা হৌজিক ঐখোঙ্গিগী চৎনম্নিবা থাট ১০ অসিদগী রাগ ৪৮৪ রচনা তৌবা য়াই হাঙ্গিবা অসি মথাদা উৎলি মাহুদি —

১। সম্পুর্ণ-সম্পুর্ণ জাতি — অসিদদি রাগ অমত্তামক শেম্বা য়াগনি, মরমদি আরোহ অমসুং অবরোহ অনিমক্তা স্বর ৭/৭ লৈবা মরম্মনি।

২। সম্পুর্ণ-ষাড়ব — অসিদমা রাগ ৬ শেম্বা য়াগনি মরমদি আরোহদনা স্বর ৭ লৈগ্রে হোংদোক হোংজিন তৌররোই অদুনা অবরোহগী স্বর ৬ অসি তাননবা স্বর অংমমতা লৌথোক্না হোংদোক হোংজিল তৌরবদি রাগ ৬ শেম্বা য়াগনি।

৩। সম্পুর্ণ-ঔড়ব — অসিনা আরোহদা স্বর ৭ লৈগ্রে অবরোহদা স্বর ২ হোংনা-হোংনা খন্দোক্লবদি রাগ ১৫ শেমগনি।

৪। ষাড়ব-সম্পুর্ণ — আরোহদা স্বর ৬ লৈফম থোকপনা — ৬ লক হোংনা হোংনা খন্দোক্লগা রাগ ৬ শেমগনি।

৫। ষাড়ব-ষাড়ব — অসিনা অরোহদা ৬ লক অমসুং অবরোহদা ৬ লক খন্দোকপা তাবনা ৬×৬=৩৬ রাগ শেমগনি।

৬। ষাড়ব-ঔড়ব — হাঙ্গৈবা জাতি অসিদদি আরোহদা স্বর ৬ লক থনবা অদুগা অবরোহদা স্বর ২/২ খন্দোকপদা ১৫ ওইবনা ঐথোঙ্গৈনা কন্দবা রাগ মশিঙ ১৫×৬=৯০ তারে।

৭। ঔড়ব-সম্পূর্ণ — জাতি অসিদনা আরোহণা স্বর ২/২ হোং-দোক হোংজিল তৌডুনা খন্দোকপা তাবনা রাগ— ১৫ ফংগনি।

৮। ঔড়ব-ষাড়ব—অসিদনা আরোহণা স্বর ২/২ খন্দুনা লৌথোকপা তাবনা ১৫ অদুগা অবরোহণা স্বর ১/১ মগ ৬ লাক খন্বা তাবনা ১৫ × ৬ = ৯০ রাগ শেমগনি।

৯। ঔড়ব-ঔড়ব — জাতি অসিদদি খাইদগী হেন্না য়াম্না শেম্না য়াগনি। অরোহণা স্বর ২/২ থুদিন্তমক খন্দোকপা ১৫ রক্, অমসুং অবরোহণা স্বর ২/২ থুদিন্তমক খন্দোকলগা ১৫ রক্, অদুনা ১৫ × ১৫ = ২২৫ রাগ শেম্নগনি।

মথক্কি মতৌ অসিগুম্না থাট অমখক্তগী জাতি ৯ অসিনা পুন্না রাগ ৪৮৪ অসি শেমই। ঐখোইগী চৎনবা থাট ১০ শুবা মরম্না ৪৮৪ × ১০ = ৪৮৪০ রাগ অসি শুগনি অদুগা কর্ণাটিক্কিনা, শুগদবা রাগ মশিঙ ৪৮৪ × ৭২ = ৩৪৮৪৮ অসি শুরগনি। মসিগী মনুঙ্দা চৎনবদদি রাগ ২০০ দগী হেন্না উবা ফংদে, মরমদি রাগ হাইবা অসিদি রঙ্ক ওইগদবনি হাইবা নিয়ম অসিনা পুল্লি অমসুং হাইখ্রিবা নিয়ম অসি ঙাক্লি।

## আশ্রয়রাগ।

হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতি চৎনবা নিয়ম অমা লৈ মদুদি,

রচনা তৌদুনা শেম্নবা থাট অদুদগী পুথোরক্লিবা রাগ অদুগী মমীং লৌদুনা অদুগকী মমীং থোক্লি, অদুগা পুথোরক্লিবা রাগ অদুবুনা "আশ্রয়রাগ" অমুম্ হাঙ্গনা থঙৈ, মাদুদি :— সা রে গ ম প ধ নি হাঙ্গবা স্বরাবলি অসি ভৈরব থাটনি হাঙ্গনা অদুম্বক থঙ্ই অদুনা হাঙ্গখ্রবা থাট অসিবুনা ভৈরব থাট কৌরগা থোরক্লিবা রাগ অসিবুনা "আশ্রয়রাগ" অমদি "জন্যরাগ" কৌই অদুগা থাট অদুবুনা "জনকথাট" কৌই।

## পূর্বরাগ, উত্তররাগ, পূর্বাঙ্গবাদী রাগ অমসুং রাগশিং শকপগী মতম থাঙ্দোকপা। পরমেলপ্রবেশক রাগ॥

হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতিদা রাগশিং শকপগী মতম অসি, পুং ২৪ না শাবা নোংমগী মতম অসিবু অনিথোক্লা থাইদোকই। অহানবা শরুক্লা — অয়ুকী পুং ১২ তাবা সুমিৎ য়ুংবদগীনা সুমিদাংগী নোংয়াই, পুং ১২ তাবা ফাওবা অমসুং অনিশুবা শরুক্লা — সুমিদাং নোংয়াই পুং ১২ দগীনা অয়ুক্কি সুমিৎ য়ুংবা পুং ১২ তাবা ফাওবা অসিনি। অহানবা শরুক অসিবুনা 'পূর্ব ভাগ' অমসুং ২শুবা শরুক অসিনা "উত্তরভাগ" কৌই।

পূর্বরাগ — অদুগুম্বা রাগ অদুনা সুমিৎ য়ুংবদগীনা সুমিদাং নোংয়াই ফাওবগী মনুংদা (পূর্বভাগকি মনুংদা) শক্লিবা অদু "পূর্বরাগ" কৌই।

উত্তর রাগ—অদুগুম্বা রাগ অদুনা, নোংয়াইদগীনা মুমিৎয়ুংবা ফাওবগী মনুঙদা ( উত্তর ভাগ ) শরুবদি মাদুবু "উত্তর রাগ" কৌই।

পূর্বরাগ অমসুং উত্তররাগ অসিবুসু পূর্বাঙ্গ বাদী রাগ অমসুং উত্তরাঙ্গ বাদী রাগ হাঙ্গনসু কৌনৈ। মাদুগী মরমসু মখাদা তাক্লি।

সপ্তক অমা অসিগী স্বর ৭ অসিদা তার সা অসি হাপচিল্লবদি সা রে গ ম প ধ নি সা হাঙ্গবা স্বর ৮ না শাবা পরেং অসি ফংলে। লৌকিক মসিবু অনিথোক্লা খাঙ্গদোক্লবদি সা রে গ ম অমসুং প ধ নি সা হাঙ্গবা অসি ফংই। মসিগী অহানবা শরুকপু পূর্বাঙ্গ, অমসুং অনিশুবা শরুকপুনা উত্তরাঙ্গ কৌরগনি।

## পূর্বাঙ্গ বাদী রাগ

অদুগুম্বা রাগ অদুগী বাদী স্বর অদুনা সপ্তকি পূর্বাঙ্গদা হাঙ্গবদি সা রে গ ম আসিগী মনুঙ্দা লৈরম্ব থোক্লবদি, মাদুবু "পূর্বাঙ্গ বাদী রাগ" হাঙ্গনা কৌগনি অদুগা মদুগী শকপগী মতমসু মুমিৎ য়ুংবদগীনা নোংয়াই ফাওবগী মনুংদা শোইদনা শকই।

## উত্তরাঙ্গ বাদী রাগ

অদুগুম্বা রাগ অদুগী বাদী স্বরনা সপ্তকি উত্তরাঙ্গদা হাঙ্গবদি প ধ নি সা অসিগী মনুঙ্দা লৈরম্ব থোক্লবদি মাদুবু উত্তরাঙ্গ বাদী রাগ হাঙ্গনা কৌই অদুগা মাদু শকপা মতমসু নোংয়াইদগীনা মুমিৎয়ুংবা ফাওবগী মনুংদা শোইদনা শকই।

মথক্তা হাঙ্গখ্রিবা পুন্নমক অসি অমগা অমগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মসিনা তাকপা অমনা কনিগুম্বা রাগ অমগী বাদীস্বর

অদু খণ্ড্লবদি রাগ অদুগী শক্লনবা মতম অদু অদুগ চাওরাক্লা খণ্ড্বা ওমলে অদুগা শক্লমিবা মতম অদুগী মতুঙ ইন্নসু বাদীস্বর অদু পূর্বাঙ্গদা নত্রগা উত্তরাঙ্গদা লৈরম্লগনি হায়বসি লেপ্ল ওম্মি।

## সন্ধি প্রকাশ রাগ

অয়ুক অমসু সুমিদা, হাঙ্গৈবা মতম অনি অসিগী তাইনবা কাল অদুবু সন্ধিগী মতম কৌই। হাঙ্গৈরিবা মতম অসি পুঙ ২৪ না শাবা নো মগী মতম অসিগী মনুঙদা মতম্ অনিরক লৈ রাদুদি — অয়ুক্কি সুমিৎ থোকত্রিঙৈগী মতমদগীনা সুমিৎ থোকপা ফাওবা অমা অদুগা সুমিৎ তাত্রিঙৈ সুমিদা রাইদগীনা সন্ধ্যা মতম্ সুমিৎ তাবা ফাওবা অমা। হাঙ্গৈরিবা মতম অনি অসিগী মনুঙ্দা শকপা থোবা রাগ পুম্নমকপু "সন্ধিপ্রকাশ রাগ হাঙ্গৈনা কৌই। মতম অসিদা শকপা রাগশিংদি কোমল রে অমসু, ধ ওই। অসিগী মনুঙদা অয়ুক্কি সন্ধি প্রকাশগী রাগদি কোমল মধ্যম ( শুদ্ধ ম ) ওইবনা অয়াম্বনি অদুগা সুমিদা রাইগী সন্ধি প্রকাশগী রাগশিংসা তিব্র মধ্যম ( কড়ি র্ম ) ওইবনা তেল্লি।

সন্ধি প্রকাশ রাগনি হাঙ্গৈনা খঙ ননবা সাধারণ ওইবা মশক্তি রে কোমল ওইবা অদুগা অয়াম্বদনা গ নি অসি তিব্র ওইবা ( কোমল ওইদবা ) অমসু, ধ না কোমলবু ওইরবসু তিব্রবু ওই রবসু অদুম্মক শিজিন্নগনি।

## পরমেল প্রবেশক রাগ

মথকি অসিগী ভাবতি পরমেল—অতোপ্পা মেলদা প্রবেশক্ চঙ্বা—অতোপ্পা মেলদা চঙ্বা অদুগুম্না রাগ অদুবুনি। মসিবু খুদম ওইনা হায়রবদি— সন্ধ্যা মতমগী সন্ধি প্রকাশ রাগ অদুবু শকপা মতমদা, গায়ক অদুনা মতমগী মতুঙ্ইন্না অতোপ্পা মেল (থাট) অমগী রাগ অদুবু শকপা পাম্লকই, হায়বদি ভিম-পলাসী, ধনাশ্রীনচিংবা অসি শক্রগা মুলতাণী শকলক্লবদি অতোপ্পা কারিগুম্না থাটতা (যমন অমিনচিংবা) চঙ্লক্লৌরি হায়বগী খুদম তোরকপনি। মতাঙ্ অসিদা মুলতাণী রাগ অসিমক 'পরমেল প্রবেশক' রাগনি।

মথক্কি অসি শেংনা খঙ্ননবা অতোপ্পা খুদম অমনা:— পুমিদাংদা শুদ্ধ রে, ধ য়াওবা রাগশিং শকপগী মতম লোইরক্লদুনা গ, নি কোমল য়াওবা রাগ অমুক শক্লবগী মতম্ ওইশিল্লক্লে হায়না লৌরবদি, হায়রিবা মতম অদুদা "জয়জয়বন্তি" রাগ অসিমক পর মেল প্রবেশক রাগনি হায়না লৌগনি। মরমদি হায়খ্রিবা রাগ অসিদা শুদ্ধ রে, ধ য়াওব কাঙ্বুগী মওঙ্ অদু কোমল গ, নি য়াওবা কাঙ্বুগী মওঙ্ উবা ফংই। জয়জয়বন্তি রাগদদি গ অনি নি অনি অমম্তুং শুদ্ধ রে, ধ য়াওই, অদুনা মসিদা অতোপ্পা থাটকি (রাগশিং) মওঙ্ হৌরকলে হায়না তাকপা খুদম উৎপনা "পরমেল প্রবেশক রাগ" কৌরগনি।

# শুদ্ধ রাগ, ছায়ালগ রাগ, সঙ্কীর্ণ রাগ, রাগাঙ্গ রাগ, ভাষাঙ্গ রাগ, ক্রিয়াঙ্গ রাগ অমসুং উপাঙ্গ রাগ

মথকি, রাগ কাঙ্লুপকি মশিংশিং অসি শতাব্দি ১৭ তা সোমনাথ পণ্ডিতনা মহাকি – "রাগ বিবোধ" কৌবা লাইরিক অদুদা থাইদোক্লম্না থনম্মি।

## শুদ্ধ রাগ

অদুগুম্বা রাগ অদুদা, অতোপ্পা করিগুম্বা রাগ অমগা য়ান-শিন্নদবা মতুদা অতোপ্পা রাগগী মমি তাদবা, মশানা অদুগুম্বক, অতোপ্পা রাগশিংদগী তোঙানা তাদুনা মশাগী ওইবা শকফম অদুদগী হেন্দবা ভশেংনা অদুম লৈজবা অদুগুম্বা রাগ অদু "শুদ্ধ রাগ" কৌই।

## ছায়ালগ্ রাগ

অদুগুম্বা রাগ অদুদা, অতোপ্পা রাগ অমগী মমি তাবা, মত্রগা অতোপ্পা রাগ অমগা তিন্নদুনা শেম্বা অদুগুম্বা রাগ অদুগী মমীঙ্ "ছায়ালগ্ রাগ" কৌই। মাহুদি—পুরিয়াধণাশ্রী অসিনচিংবা।

## সঙ্কীর্ণ রাগ

অদুগুম্বা রাগ অদুনা রাগ অনিদগী হেনবা মশীংগা তিন্নদুনা শেম্বা অদুগুম্বা রাগ অদুবু "সঙ্কীর্ণ রাগ" কৌই।

## রাগাঙ্গ রাগ

শাস্ত্রদা হাঙ্গৈবা নিয়মগী মতুঙ, ইন্না শকপা অমদি থোংবা শাস্ত্রগী নিয়ম লাইরিক্তা হাঙ্গৈরম্বা অদু ঙাক্না শকপা, নিয়ম অদুবু থক কাঙ্গৈহন্দবা য়াম্না শেংবা মওঙ দা শক্লিবা অদুবু "রাগাঙ্গরাগ" কৌই।

## ভাষাঙ্গ রাগ

শাস্ত্রগী নিয়মবু থোইনা খল্লুবা লৈত্তবা, অদুগা মাবু শাগৎপা অদু তোঙান-তোঙানবা দেশ অদুগী লমগী চৎনবিগী মতুঙ ইন্না শেম্না অদুগা শাস্ত্রীয় রাগশিংগদি নক্লবা অদুগুম্বা রাগ অদু শাস্ত্রীয় রাগশিংগী মমুঙ দা "ভাষাঙ্গ রাগ" হাঙ্গৈনা কৌই।

## ক্রিয়াঙ্গ রাগ

শাস্ত্রদা হাঙ্গৈরবা নিয়মশিং অদুবুদি শোইদনা ঙাকপা, অদু ওইদুনসু শক্লিবা রাগ অদু ফজনবগীদমক বিবাদী স্বর অদু অবরোহদা শিজিন্নবা অদুগুম্বা রাগশিং অদু "ক্রিয়াঙ্গ রাগ" কৌই।

## উপাঙ্গ রাগ

করিগুম্বা রাগ অমদা চঙলিবা মরুওইবা স্বরশিং অদুগী মমুঙদগী অমা নত্রগা মমুদগী হেনবা স্বর লোথোক্লগা মদুগী মহুত্ত।

অনৌবা অতোপ্পা স্বর লৌশিন্নরিবা অদুগুম্বা রাগ অদু "উপাঙ্গ রাগ" কৌই। অসিগুম্বা অসিগী মওঙ্ দি ঐখোঙ্গী হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পদ্ধতি অসিগী মসুঙ্ দদি লৈতে।

## বাদ্য ( যন্ত্র ) গী মথল মরী

ঐখোঙ্গীনা শকপা-শোনবা, খোংবা, অমসুং য়েবদা শিজিন্ন-রিবা যন্ত্রশিং অসি থাঙ্গীনগী শাস্ত্রকারশিংনা মথল মরী থোক্লা খাঙ্গীদোক্লম্মী. মাদুদিঃ— তত-বাদ্য, অনবদ্ধ বাদ্য সুষির-বাদ্য অমসুং ঘন বাদ্য অসিনি।

তত বাদ্য — করিগুম্বা যন্ত্র অমদা, তারমচিংবা মরী থিং-লগা মদুবু খৎতুনা ওইরবসু, লেল্লগা ওইরবসু খোংদুনা শিজিন্ন-রিবা, অদুগুম্বা যন্ত্রশিং অদু "তত-বাদ্য" হাঙ্গীনা কৌই মাদুদি— তানপুরা, সেতার, সারঙ্গী, এসরাজ, বেহালা, দিলরুবা অসি-মচিংবা পুম্নমক অসি তত-বাদ্যগী মসুঙ্ চল্লি।

অনবদ্ধ বাদ্য — অনবদ্ধ-বাদ্য হাঙ্গীবা অসি মরু ওইনা তালগী দমক্তা শিজিন্নে। ঐখোঙ্গীনা তালগীদমক্তা খুৎ অনি চঙ্দুনা য়েদুনা শিজিন্নরিবা অদুগুম্বা যন্ত্র অদু "অনবদ্ধ বাদ্য" কৌই, মাদুদি মৃদঙ্গ, পখবাজ, তবলা অসিনচিংবা অসিনি।

সুষির-বাদ্য — চিন্না খোংদুনা শিজিন্নরিবা যন্ত্র খুদিঙমকপু "সুষির-বাদ্য" কৌই মাদুদি, বাঁশুরি, শহনাই অসিনচিংবা।

ঘন-বাদ্য — করিগুম্বা, উ-মতেক অনি, হাঙৈবদি অকনবা পোৎ অনি পেংনরগা শিজিন্নবা যন্ত্র অদু "ঘন-বাদ্য" কৌই ম করতাল, জলতরঙ্গ অমসুং মঞ্জিরানচিংবা আসনি।

## ঈশৈশকপী — গুণ-অবগুণ ( দোষ )

সঙ্গীত শাস্ত্রদা ঈশৈ শকপা মীগী দোষ অমসুং গুণগী মরমদা মশাক কয়ামুক পীরম্মী। সঙ্গীত রত্নাকরদা মথাগী অসুম্না ইরম্মি মাদুদি :—

হৃদ্যশব্দ সুশারীরো গ্রহমোক্ষবিচক্ষণ :।
রাগরাগাঙ্গভাষাঙ্গক্রিয়াঙ্গোপাঙ্গকোবিদ :।
প্রবন্ধগাননিষ্ণাতো বিবিধালপ্তিতত্ত্ববিত।
সর্বস্থানোচ্চগমকেষ্বনায়াসলসদ্গতি : ॥
আয়ত্তকণ্ঠস্তালজ্ঞ : সাবধানো জিতশ্রম :।
শুদ্ধচ্ছায়ালগাভিজ্ঞ : সর্বকাকুবিশেষবিত ॥
অপারস্থায়শঞ্চার : সর্বদোষবিবর্জিত :।
ক্রিয়াপরোজস্রলয় : সুঘটোধারণান্বিত : ॥
স্ফূর্জন্নির্জবনো হারিরহ : কৃদ্ভজনোদধুর :।
সুসম্প্রদায়ো গীতজ্ঞৈর্গীয়তে গায়নাগ্রণী : ॥

মথক্কি শ্লোক অসিগী ভাৱার্থদি :—

১। হৃদ্যশব্দ — অচুগুম্বা গায়ক অদুগী খোঞ্জেল অদু তাবদা নুংশিবা হাঙ্গৈবদি স্বরচাবা ওইবা।

২। সুশারীরো — মাহাক্কি বাণী অদুদা অভ্যাসগা ইতৌ-তোদনা রাগগী মশক ফোঙদোকপগী ধর্ম্ম অদু লৈবা।

৩। গ্রহমোক্ষবিচক্ষণ : — শাস্ত্রনা হাঙ্গৈবা গ্রহ অমসুং ন্যাস তৌবগী রাখল লৈবা ( গ্রহ অমসুং ন্যাস অংস গীতিকামলা পার্ট রানদা ইল্রে )।

৪। রাগরাগাঙ্গাদিকোবিদ : — রাগ, রাগাঙ্গ, অসিনচিংবা অসি খঙবা ( দেশী সঙ্গীততা রাগাঙ্গ, ভাষাঙ্গ ক্রিয়াঙ্গ অমদি উপাঙ্গ অসি হাঙ্গৈল্লে )।

৫। প্রবন্ধগাননিষ্ণাত : — প্রবন্ধগায়নদা হৈশিংবা (প্রবন্ধ হাঙ্গৈবা অসি থাঙ্গৈনা চৎনরম্বা ঈশৈ শকপগী শৈলী ( নিয়ম ) অমনি, মসি হুজিক্কি চৎনদ্রে )।

৬। বিবিধালপ্তিতত্ত্ববিত — তোঙান্ তোঙানবা আলাপশিংগী তত্ত্ব খঙবা, হাঙ্গৈবদি আলাপ তৌনবগী অথুপ্পা নিয়ম ( রাগগী অবির্ভাব — তিরোভাবনচিংবা উৎনবগী কলা ) অদু খঙবা।

৭। সর্বস্থানোচ্চগমকেষ্বনায়াসলসদগতি :— স্থান পুম্নমক্তা ইলাই লাইনা গমক হাঙ্গবা ঙম্বা ( মন্দ্র, মধ্য অমসুং তার হাঙ্গবা মফম অসিদ গমক হাঙ্গবা ঙম্বা ) ।

৮। আয়ওকণ্ঠ :— গলাদা স্বাধান ওইবা, মখোল অদু য়াম্না খোলা ওইবা।

৯। তালজ্ঞ :— তালগী জ্ঞান নিংখিনা লৈবা।

১০। সাবধান :— ঈঙ্ না, তপ্না, পুক্লিং লৈতানা ঈশৈ শকপা।

১১। জিতশ্রম :— পরিশ্রম য়াম্না তৌহনসু, শকপা মতমদদি পরিশ্রম তৌই হাঙ্গবা উংতবা ।

১২। শুদ্ধচ্ছায়ালগাভিজ্ঞ :— শুদ্ধ রাগ, ছায়ালগ রাগ অমদি সঙ্কীর্ণ রাগ অসি মশক খঙ্ না শকপা।

১৩। সর্বকাকুবিশেষবিত্ :— শাস্ত্রনা হাঙ্গবা কাকু পুম্নমক খঙ্ বা মাহুদি— ( ১। স্বর কাকু, ২। রাগ কাকু, ৩। দেশ কাকু, ৪। ক্ষেত্র কাকু, ৫। অন্য রাগ কাকু, ৬। যন্ত্র কাকু ) ।

১৪। অপারম্বায়সক্কার :— শকপা মতমদা, মশিঙ্ নাইদ্রবা স্থায়, হাঙ্গৈবদি রাগগী শরুক অমদি মাদুগী হিসাব অদু শেম-শেমদুনা তাহন্নবগী জ্ঞান লৈবা।

১৫। সর্বদোষবিবর্জিত :— করিগুম্বা দোষ অমত্তা শকপদা ফংদবা।

১৬। ক্রিয়াপর :— য়ান্না অভ্যাস তৌরবা।

১৭। অজস্রলয় :— লয়দা য়াম্না চেৎপা ( লয়দার ) ওইবা।

১৮। সুঘট :— ফজবা শকফম ওইবা ( অতাবশিংগী পুক্নিঙ্দা ঘৃণা লৈতবা )।

১৯। ধারণান্বিত :— মশাদা য়াম্না ধারণা লৈবা।

২০। স্ফূর্জন্নিবণ :— "নির্জবণ" অসি স্থায়গী থোইদোকপা শরুক অমনি, মশি শকপা মতমদা নোংখোংবগুম্না মখোল অদু য়াম্না গম্ভির ওই।

২১। হরিহরঃকুন্তজনোদ্ধুর :— মানা শকপদা শ্রুতাশিংগী পুক্নিঙ শুমহৎনবা ওইবা।

২২। সুসম্প্রদায় :— সুসম্প্রদায় ওইবা, হাঙ্গবাদ গুরু পরম্পারদগী অরাঙ্বা থাকি কাঙ্বুগী মসুঙ্ চনবা।

অসুম্না গায়কশিংগী লৈক্কম থোকপা গুণ ২১ অসি লোয়-শিনপা মপঙ্গদা অবগুণ অমুক তাক্লম্মী মাদু।। মখাগী অসিনি।

## গায়কশিংগী অবগুণ (দোষ)

সন্দষ্টোদধৃষ্টসূত্কাবিভীতশঙ্কিতকম্পিতা ।
করালী বিকল কাকী বিতালকরভোদ্বডা ॥
ঝোম্বকস্তুম্বকী বক্রী প্রসারী বিণিমীলক ।
বিবসাপস্বরাব্যক্তস্থানভ্রষ্টাব্যবাস্থতা ॥
মিশ্রকোণবধানশ্চ তথান্য সানুনাসিকঃ ।
পঞ্চবি শতিরিত্যেতে গায়ণ নিন্দিতা মতা ॥

( স ম )

১খক্কি শ্লোক অসিগী ভাবার্থদি —

১ সন্দষ্ট — য়া চিক্লা চিক্লা ঈশৈ শকপা।

২ উদধৃষ্ট — রস অমত্তা য়াওদনা পঙ্লাও লাওবা।

৩। সূত্কারী — শকপা মতমদা ফরক্ তানা ইতাও তাওন মাথাঙ্দা তঙ্জনা নিয়ম নত্তবদা শকপা।

৪। ভীত — কিনা কিনা শকপা।

৫। সঙ্কিত :— মশা মথন্তবু থাজবা ৱাৎপদগী থকৎপগা লোঙ্গন: ইথু থুনা শকপা।

৬। কম্পিত :— মশা নিকতুনা শকপা।

৭। করালী :— মচিনমথা, অকিবা ফংনা লাওনা কাথোক্ল শকপা।

৮। বিকল :— শক্লিবা গায়ক অদুগী স্বর অদু শ্রুতিদা, থ হেনবা নত্রগা থর ৱাৎপ, স্বরগী চপ চাবা মক্কম শোকতবা

৯। কাকী :— কাকী মখোলগুম্না তাবদা য়াকপা।

১০। বিতাল :— মশাদা তাল চাদনা শকপা।

১১। করভ :— মঙক্-মনা শাংদোক্লনা শকপা।

১২। উদ্ভড়া :— য়াউ-গুম্না ময়া কাথোক্লনা শকপা।

১৩। ঝোম্বক :— গলা অমদি মাঙ্গদা নাতোল পোঙথোক্ল চাওথোক্লনা শকপা।

১৪। তুম্বকী :— তুম্বাগুম্না চিন পোঙথোক্লনা শকপা।

১৫। বক্রী :— মঙক পৈত্থনা শকপা।

১৬। প্রসারী — মখোঙ্-মথুৎ য়াম্না হাইরদুনা ফেঙ্-ফেঙ চোংবা শকপা।

১৭। বিমির্মীলক : — মীৎ না উইশিন্দুনা শকপা।

১৮। বিরস — রস অমত্তা য়াওদবা, তাবদা নুঙাইবা ফাওদবা।

১৯। অপস্বর — শক্লকপদা যাগী স্বর অদু মফম চুদবা ( স্বর চাদবা রাংবা, নেমবনচিংবা তোবা ) অদুগা বর্জিত স্বর হেক্ য়াওশিল্লকপা।

২০। অব্যক্ত — হাঙ্গদোরকপদা মযেকশেংদবা, হাঙ্গবদি শক্লিবা ঈশৈ অদুগী মরোল, রাইহে অদু শেংনা হাঙ্গদবা।

২১। স্থানভ্রষ্ট — স্থান হাঙ্গবদি মন্দ্র, মধ্য অমদি তার হাইবা মফম অদুম আসিনি। শক্লকপা মতমদা হাঙ্গ-খ্রিবা মফম্শিং অাস চপ্‌চানা য়েীকম থোক-পদা য়েীরমদবা।

২২। অব্যবস্থিত — শক্লকপদা মশাগী ব্যবস্থা অমত্তা য়াওদনা শকপা। হাঙ্গবদি অয়েম্বা মওঙ্ অমুম্না থবক অমা পাঙথোক্কানি হাঙ্গবগী ব্যবস্থা য়াওদনা শকপা।

২৩। মিশ্রক — শক্তোক্লকপদা শক্লিবা রাগ অমা অদু শেংদবা, হাঙৈবদি ইয়ান-য়ান্নবুনা শকপা।

২৪। অনবধান — থোংওইদনা অমদি চেকশিন্দনা শকপা।

২৫। সানুনাসিক — নাথাঙ্দা পুথৎতুনা নাতোনগী স্বর ( মনা খোংবা ) য়াওনা শকপা।

মতৌ অসিগুম্বা ঈশৈ শকপগী গুণ অমসুং অবগুণ অসি শাস্ত্রদা ইকুনা থনম্মি। অহৈবা ঈশৈ শকপশিংনদি কারগুম্বদা বর্জিত-স্বরবুসু বিবাদী স্বরবুসু য়াওনা শকই, মাদুদি শক্লিবা রাগ অদু রঞ্জক ওইবা ফজবা হেন্নবগীদমক থরদা ওইনা লৌদুনা শিজিন্নে মাদুদা দোষ লৌনদে। মরমদি রাগ হাঙৈবসিদি রঞ্জক ওইবদু-বুনি ( রঞ্জক জনচিত্তানাম্ স রাগ: কথিতো বুধৈ ) হাঙৈবা অদুনি।

## রাগগী অবির্ভাব অমদি তিরোভাব

করিগুম্বা রাগ অমবু অমুম অমুম্ বিস্তার তৌরকপা মতমদা শক্লিবা রাগ অদুগা মওঙ্ মান্নবা অতোপ্পা রাগ অমগী মচেৎ থর-থরদং উৎলগা মপুঙ্ ওইবা শক্লিবা রাগ অদুবু ঙাইহাক্কং-গীদমক লোৎতুনা ( মাঙ্হন্দুনা ) থম্বা, অদুগুম্বা মওঙ্গী শৈশক অদু তৌরবদি মাদুবু "তিরোভাব" হাঙৈনা খঙ্নৈ। — মথঙদা

শক্লিবা রাগ অদুগী চপ্ চানা অঙ্গ অদু অমুক উৎলকপা মতমদা রাগ অদু অমুক ফোঙদোক্লকই মতম অদুদা "আবির্ভাব" কৌই।

## মমাঙ্ ঙৈদা চৎনরম্বা আলাপকি মওঙ্

## স্বস্থান, রাগালাপ, রূপকালাপ, আলপ্তি, স্থায়, মুখচালন আক্ষিপ্তিকা॥ মাতু, ধাতু, কাকু, বাগেয়কার, পণ্ডিত, নায়ক।

স্বস্থান— মমাঙ ঙৈদা আলাপ তৌননবী চৎনবী ওইন লৈরম্লিবা নিয়মশিং অদুগী মমিংবু স্বস্থান নিয়ম কৌই। মশিগী মরমদা সঙ্গীত শাস্ত্রদগী ( রত্নাকর ) ফংবা মওঙদি অসিনি মাহুদি :— রাগগী তৌগদবা পূম্না অসি, অন্স স্বরদগী নির্ভর তৌই, অদুনা মশিবু স্থায়ী স্বর হাঙ্গনা কৌই। হাঙ্গরিবা স্থায়ী স্বর অসিদগী মরীশুবা স্বর অদুবুনা দ্বয়র্ধ হাঙ্গনা কৌই, নিপাকশুবা অদুনা বগুণ কৌই অদুগা দ্বিগুণ অমস্তং দ্বয়র্ধ স্বরগী মরক্তা লৈবা অদুবুনা অর্ধ - স্থিতি স্বর হাঙ্গনা কৌই। অহানবদা, গায়ক অদুনা সস্থানদা মাগী আলাপ অদু দ্বয়র্ধ স্বরশিংগী মথাদা তৌই অদুগা মদু মন্দ্র সপ্তকতা, নিয়মগী মথক্তা মাগী নিঙবগী মতুঙ্ ইন্না বিস্তার তৌবা য়াই। অসুম তৌনা নিয়মগী মতুঙ ইন্না, গায়ক খুদিংমক্না স্বস্থানগী নিয়ম্ অসি পালন তৌবা তারব্বী অদুগা মানা মানা পাম্বদগী আলাপ তৌবা অদুগা ন্যাস তৌনিঙবা মফমদা তৌবা অসি য়ানদে। মশিগী মরমদা ফংবদি মথাগী শ্লোক অসিনি :

যত্রোপবেশ্যতে রাগঃ স্বরে স্থায়ী স কথ্যতে।
ততশ্চতুর্থো দ্বয়র্ধঃ স্যাৎ স্বরে তস্মাদধস্তনে॥
চালনং মুখচালঃ স্যাৎ স্বস্থানং প্রথমং চ তৎ।
দ্বয়র্ধস্বরে চালয়িত্বা ন্যসনং তদ্দ্বিতীয়কম্॥
স্থায়ীস্বরাদষ্টমস্তু দ্বিগুণঃ পরিকীর্তিতঃ।
দ্বয়র্ধদ্বিগুণয়োর্মধ্যে স্থিতা অর্ধস্থিতস্বরাঃ॥
অর্ধস্থিতে চালয়িত্ব ন্যসনং তু তৃতীয়কম্।
দ্বিগুণে চালয়িত্বা তু স্থানিন্যাসাচ্চতুর্থকম্।
এভিশ্চতুর্ভিঃ স্বস্থানৈ রাগালপ্তির্মতা সতাম্॥

( সঃ রঃ পৃ ২৬)

অস্মম তৌনা থাঙ্গনগী গায়কশিংনা স্বস্থান্ নিয়ম্ অপালন তৌদুনা ঈশৈ খুদিঙমক শক্করম্মি। মসিদা অন্সস্বর হাঙ্গি পন্থ্রিবা অসিস্ত বাদিস্বরগুম্বমক্লি। রাগদা বাদিস্বরগী মগুণ য়া চাওহনবা অদুগুম্না অন্সস্বর অসিস্ত মগুণ য়াম্না চাওহল্লম্মী।

রাগালাপ — "রাগলাপ" হাঙ্গবা অসি মমাঙ্ ভৈদা চৎনর আলাপ তৌবগী মওঙ্ অমনি। মশিগী মরমদা পঃ সারঙ্গদেব মথাগী অস্মম্না হাঙ্গরম্মি মাদুদি :-

গ্রহাংশমন্দ্রতারানাং ন্যাসাপন্যাসন্যাসয়োস্তথা॥
অল্পত্বস্য বহুত্বস্য ষাড়বৌড়বয়োরপি॥

অভিব্যক্তির্যত্র দৃষ্টা স রাগালাপ উচ্যতে ॥

( সঃ রঃ ১৫৭ )

ভাবার্থ — শক্লিবা অদুগুম্বা রাগ অদুদা, রাগগী লক্ষণ (মওঙ্) তরা (১০) হায়বদি গ্রহ, অন্স মন্দ্র, তার, ন্যাস, অপ-ন্যাস, অল্পত্ব, বহুত্ব, ষাড়বত্ব অমদি ঔড়বত্ব হাঙ্গবা রাগগী লক্ষণ তরা অসি উত্তুনা তৌবা আলাপ অদুবু "রাগালাপ" হাঙ্গনা কৌই।

রূপকালাপ — "রূপকালাপ" হাঙ্গবা আলাপ তৌবগী মওঙ অসিমসু মমাঙ্গৈদা চৎনরম্বা আলাপকি মওঙ অমনি। মসিদনা মগুম্বা হাঙ্গিব্রবা "রাগালাপ" হাঙ্গবা আলাপ তৌবগী মওঙ্ অসিদগী অমুক্কা হেন্না চঙশিনবা মওঙদা প্রবন্ধগী ধাতু বিদারী হাঙ্গবা অসিমসু উত্তুনা তৌবা আলাপকি মওঙ অদুবু রূপকা-লাপ হাঙ্গনা কৌই। সঙ্গীত রত্নাকরনা মথাগী 'অসিমসু হাঙ্গরম্মী মাতুদি —

রূপকং তদ্বদেব স্যাত্পৃথাস্তুতবিদারিকম্। ( পৃঃ ১৫৭ )

ভাবার্থ — রূপকালাপ হাঙ্গবা অসিদদি গায়ক্ অদুনা, মাগী আলাপ অদুদা প্রবন্ধগী "ধাতু" হাঙ্গবদি বিদারীগা মান্নদা তোঙান তোঙানবা শরুক্তা, মান্ন মান্নদবা মওঙ উত্তুনা আলাপ তৌগনি অসিগুম্বা মওঙ অসিবু "রূপকালাপ" কৌই।

**আলপ্তি** — আলপ্তি হাঙ্গৈবা অসিগুম মমাঙতৈদা চৎনরম্বা খুদোইদগী হেন্না চঙখোন্‌বা মওঙ্‌দা তৌরম্বা আলাপকি মখল অমনি। মসিদদি মখক্তা হাঙ্গিল্লিবা রাগালাপ রূপকালাপ হাঙ্গৈবা আলাপকি মওঙ অসিদগী হেন্দোক্লুমা হেন্না চঙখোনবা মওঙদা রাগগী হৌনবী নিয়ম পুন্নগক উত্তুনা অবির্ভাব তিরোভাবনচি বসু য়াওনা হেক শুম্বমখৈগী কজবা মওঙ দা উৎপা অদু "আলপ্তি' কৌই।

**স্থায** — মমাঙতৈঙদা অদিক অপিকপা স্বর শ অসিবু স্থায়" হাঙ্গৈনা খঙনৈ।

**মুখচালন্** — করিগুম্বা রাগ অমবু তোঙ্গনতোঙ্গানবা মখলগী গমক্ অমসু অলঙ্কারশিং বা চঙথোক্না উৎহ্রি। শকপবু "মুখ-চালন্" হাঙ্গৈনা কৌই।

**আক্ষিপ্তিকা** — মমাঙতৈঙদগী পণ্ডিতশিংনা তাল্ স্বর অমসু বোল (ঈশৈ মরোল) হাঙ্গৈবা মখল অহুম অসিগী মতেঙ্‌না তৌবা রচনা (রাগেও) অদুবু "আক্ষিপ্তিকা' হাঙ্গৈনা কৌই। মসি থাঙ্গৈনগী নিবন্ধ গান' হাঙ্গৈবা অদুবুসু খঙনৈ।

**মাতু-ধাতু** — পদ্য রচনা তৌববু মকুম অসিদা মাতু হাঙ্গৈনা খঙনৈ অদুগা ধাতু হাঙ্গৈবনা স্বর রচনা তৌববু খঙনৈ।

**কাকু** — স্বরগী তোঙান্-তোঙানবা খেননগী মওঙ্, অদুবু কাকু কৌই। মসিবু খঙবা অদুবুনা "কাকু জ্ঞান" হাঙ্গবা অসি পোল্লি। মসি মমাঙ্‌ভৈঙদদি তোঙান তোঙানরা মওঙদা কাকু ওইবা হাঙ্গবদি — স্বর-কাকু, রাগ কাকু, দেশ কাকু, ক্ষেত্র কাকু, যন্ত্র-কাকু অসুম্না কাকু-ভেদসু লৈরম্মী।

**বাগ্যেয়কার** — অদুগুম্না নিপা অদুনা পত্য-রচনা অহুগা স্বর রচনা অনিমকপু পুম্না হৈবা অদুগুম্না অদুবু "বাগ্যেয়কার" হাঙ্গনা কৌই।

**পণ্ডিত** — "ক্রিয়াত্মক সঙ্গীত" হাঙ্গবদি, ঈশৈ শকপা শোরনগী সাধারন জ্ঞানদি লৈবা অদুগা শাস্ত্র-জ্ঞাননা (Theory) থাম্না মপুঙ ফানা হৈবা অদুগুম্বা নিপা অদু পণ্ডিত কৌই।

**নায়ক** — মমাঙ্‌ভৈঙগী অমদি হৌজিক-হৌজিকি ওইবা চৎনবসা অমদি চৎনরিবা ঈশৈগী মপুঙফাবা জ্ঞানগা লোইননা, অদুগা গুরু পরম্পরাদগী চৎলক্লিবা নিয়মগী মতুঙ ইন্না, তাল অমসুং স্বরনা বাঁধা ওঙ্গরবা পোৎপু য়াম্না চুম্না শক্লি-শোল্লবা মী অদু "নায়ক" কৌই অদুগা মাহুদা উৎলক্লিবা কলা অদুগী মওঙ অদুবুনা "নায়কী" কৌই।

**গায়ক** — গুরু-পরম্পরাদগী কাঙ্গদনা লৈরক্লবা (তাল, স্বর অমদি শব্দদা) অদুগুম্বা ঈশৈবু অলঙ্কার অমদি তান্‌নচিংবগা

লোইঙ্গনবা যাম্না হৈ শিংনা মশক-মথেলগী ফজবা কয়া মুকস্থ উত্তুনা শক্লুবা অদুবু "গায়ক" কৌই অদুগা মাদুদা উৎলিবা কলা অদুগী মওঙ পুম্নমক্ অদুবুনা "গায়কী" কৌই।

:(O):

## কর্ণাটকী তাল পদ্ধতি

ঐখোঙ্গী হিন্দুস্থানী সঙ্গীতক চৎনরিবা তালগী নিয়মশিং অসিগা খা ভারত হাঙ্গিবাদ কর্ণাটক মওঙদা চৎনরিবা তালগী মওঙশিংগা যাম্না মাস্নদে। অহানবদা দক্ষিণাটাগী (কর্ণাটক) তালশিংগী মরমদা খঙদোকশি মাদুদি :—

কর্ণাটকি তাল পদ্ধতিদা চৎনরিবা তালশিং অসিগী মন্থঙ-দগী মকোক্ ওইবা তালদি তরেৎথক্কনি, মাদুদি :— ১। ধ্রুবতাল ২। মটতাল, ৩। রূপকতাল, ৪। ঝম্পতাল, ৫। ত্রিপুটতাল, ৬ অটতাল অমসুং ৭। একতাল। হাঙ্গিরবা তালশিং অসি, অমুকস্থ জাতি মঙা মঙা পোক্না খাঙদোকই মদুবু "পঞ্চজাতি ভেদ" হাঙ্গিনা খঙনৈ। অদুনা তাল মশিং ৭ × ৫ = ৩৫ অসি শুনা শেমই।

মখোঙ্গী তালশিং অসি ইবা যাননদা হাঙ্গিজুনা খুদম ৬ থক্ শেমদুনা পমই মাদুগী খুদমশিং অস্তুদি মথাগী অসিনি।

| থুদম্ | মিং | | মাত্রামশিঙ |
|---|---|---|---|
| ‿ | অণুদ্রুত = | বিরাম | মাত্রা ১ |
| o | দ্রুত | — | মাত্রা ২ |
| I | লঘু | — | মাত্রা ৪ |
| S | গুরু | — | মাত্রা ৮ |
| ꣿ | প্লুত | — | মাত্রা ১২ |
| × | কাকপদ | — | মাত্রা ১৬ |

মথক্কী পিখ্রিবা তালগী থুদম্ ৬ অসিগী মহুৎদা "লঘু" কৌবা থুদম্ অসিমগীদি পোইদোক্ হেন্দোকপা মগুণ থয় লৈ। হাঙ্গিখ্রিবা থুদম অসিমথক্কী মপান্না তোঙান-তোঙানবা তাল কয়ামুক রচনা তৌবা ঙমই। "লঘু" হাঙ্গবা থুদম অসিগী মাত্রাদি মথক্তা হাঙ্গি-খিবগী মতুঙ ইন্না ৪ থক্কনি অদু ওইদুনসু জাতিভেদগী ( জাতি থাঙ্গদোকপা ) মতুঙ্ ইন্না মাগী মাত্রা মশিঙ্ অসি হেক-হেক হোংলকই অমসুঙ অসুম্না হোংবা অসিদগী জাতি ৫ শেমলকই। মাদুদি:— ১। চতস্রজাতি ২। তিস্রজাতি ৩। খণ্ডজাতি ৪। মিশ্রজাতি অমসুং ৫। সঙ্কীর্ণজাতি অসিনি। মথঙ্ মথঙ্ অসুম্না শেম্লক্লগা মথোঙ্গী তোঙানবা জাতিশিং অসিগী ওইবা মাত্রা মশিঙ্সু অমগা অমগা অমুকসু মান্নহন্দে; হাঙ্গবদি জাতি তোঙানবগী মতুঙ ইন্না মাত্রা মশিঙসু তোঙাল, তোঙাল্লি, মাদুদি:—

১। চতস্রজাতিদা, লঘুগী মাত্রা মশিং ৪ ওইগনি।

২। তিস্রজাতিদা, লঘুগী মাত্রা মশিঙ্ ৩ ওইগনি।

৩। খণ্ডজাতিদা, লঘুগী মাত্রা মশিঙ্ ৫ ওইগনি।

৪। মিশ্রজাতিদা লঘুগী মাত্রা মশিঙ্ ৭ ওইগনি।

৫। সঙ্কীর্ণজাতিদা লঘুগী মাত্রা মশিঙ্ ৯ ওইগনি।

মথক্কি রাকম অসিদা তোঙান তোঙানবা মাত্রা মশিঙ্ হোংবা মরম্না মাগী খুদমশিংগী তোঙানবা মশক খঙ্নবগীদমক মাগী খুদমগী নাকন্দা মাত্রা মশিঙশিং অসি হাপ্লগা করম্বা জাতিগী লঘু ওইবগে হাঙ্গিবা অদু খঙ্বা ঙম্মি, হাঙ্গিবদি— "।" হাঙ্গিবা খুদম অসিগী লঘুগী খুদমনি, খুদম্ অসিগী নাকন্দা, মথক্কি জাতিশিং অসিগী মাত্রা মশিঙ অসি হাপ্লবদি করম্বা জাতিগী লঘুনো হাঙ্গিবা খঙবা ঙমই মন্নুদি:— লঘুগী খুদম । দা মাত্রা ৪ হাপ্লম্লবদি ( ।৪ ) অসিগুম্বা খুদম ওইরবদি চতস্রজাতিগী লঘুনি, অসিগুম্না—

।৩ — অসিনা তিস্রজাতি লঘুনি
।৫ — " খণ্ডজাতি "
।৭ — " মিশ্রজাতি "
।৯ — " সঙ্কীর্ণজাতিগী লঘুনি হাঙ্গিনা খঙ্নগনি।

তাল বিভাগকি মতাঙ্দা মখোঙ্গীদি হিন্দুস্থানী তালগুম্না থা্লিগী খুদম য়াওদে। অহৌবা মাত্রাদনা সমগী মরুম ওই। ভরি তালগীদমক্তি লৈরম্লিবা খুদম খুদিঙম্বকি মরুমদা তাল থাই। অতুম্না তাল থাবগী অমদি তাল বিভাগকি মওঙ্ শেমদোকই।

মথঙ্দা, মথক্তা হাঙ্গিল্লিবা মকোক ওইবা তাল তরেৎ অদু করম্না ইথোকপগে হাঙ্গিবা উৎলি।

| ালগী মীঙ | তালগী খুদমশিং | খুদমগী মিং | মাত্রা মশিং |
|---|---|---|---|
| ধ্রুব | ।০।। | লঘু, দ্রুত, লঘু লঘু | ৪+২+৪+৪=১৪ |
| ঠ | ।০। | লঘু, দ্রুত, লঘু | ৪+২+৪ =১০ |
| রূপক | ।০ | লঘু, দ্রুত | ৪+২ = ৬ |
| ম্পা | ।–০ | লঘু, অনুদ্রুত, দ্রুত | ৪+১+২ = ৭ |
| পুট | ।০০ | লঘু, দ্রুত, দ্রুত | ৪+২+২ = ৮ |
| ট | ।।০০ | লঘু, লঘু দ্রুত দ্রুত | ৪+৪+২+২=১২ |
| কতাল | । | লঘু | ৪ = ৪ |

মথক্তি উৎল্লিবা তালগী খুদম অসিদগী, মখোঙ্গী তালশিং সি কমদৌনা ইবগে হাঙ্গিবগী মওঙ্ ইলাঙ্-লাঙ্গিবা থঙবা মলে। অদুগা মসিবু হিন্দুস্থানী তালগী মওঙ্দা ইবা তারবদি থাগী অসিনি।

## ধ্রুবতাল ( ।০॥ ) মাত্র-১৪

( চতস্রজাতি )

| | | | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ |
| × | | | | ২ | | ৩ | | | | ৪ | | | |

## মটতাল ( ।০ )-মাত্রা-১০

( চতস্রজাতি )

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |
| × | | | | ২ | | ৩ | | | |

## রূপক তাল ( ।০ ) -মাত্র-৬

( চতস্রজাতি )

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| × | | | | ২ | |

## ঝম্পতাল ( । ◡ ০ ) মাত্র ৭

( চতস্রজাতি )

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| × | | | | ২ | ৩ | |

## ত্রিপুটতাল ( I 0 0 ) মাত্রা ৮

( চতস্রজাতি )

| ১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ | ৭ ৮ |
|---|---|---|
| × | ২ | ৩ |

## অটতাল ( I I 0 0 ) মাত্রা ১২

( চতস্রজাতি )

| ১ ২ ৩ ৪ | ৫ ৬ ৭ ৮ | ৯ ১০ | ১১ ১২ |
|---|---|---|---|
| × | ২ | ৩ | ৪ |

## একতাল ( I ) মাত্রা ৪

| ১ ২ ৩ ৪ |
|---|
| × |

মথক্তা হাঙ্গৈখ্রিবা মকোক ওইবা তাল তরেৎ অসিনা জাতি ভেদগী মতুঙ ইন্না তাল অমমম্না জাতি ৫/৫ অমুক, করম্না পুথোক-পগে হাঙ্গৈবা অদু মথাদা অমুক উংলি মাত্রুগী জাতিগী মশিং ৭×৫=৩৫ শুগনি, মাহুদি :—

| তালগী মমীঙ্ | জাতি | খুদম | মাত্রা গশিঙ্ |
|---|---|---|---|
| ধ্রুবতাল | চতস্রজাতি | — $|_{৪}0|_{৪}|_{৪}$ — | ৪+২+৪+৪=১৪ |
| | ত্রিস্র | — $|_{৩}0|_{৩}|_{৩}$ — | ৩+২+৩+৩=১১ |
| | খণ্ড | — $|_{৫}0|_{৫}|_{৫}$ — | ৫+২+৫+৫=১৭ |
| | মিশ্র | — $|_{৭}0|_{৭}|_{৭}$ — | ৭+২+৭+৭=২৩ |
| | সঙ্কীর্ণ | — $|_{৯}0|_{৯}|_{৯}$ — | ৯+২+৯+৯=২৯ |
| মঠতাল | চতস্র | — $|_{৪}0_{৪}|$ | — ৪+২+৪ = ১০ |
| | ত্রিস্র | — $|_{৩}0_{৩}|$ | — ৩+২+৩ = ৮ |
| | খণ্ড | — $|_{৫}0_{৫}|$ | — ৫+২+৫ = ১২ |
| | মিশ্র | — $|_{৭}0_{৭}|$ | — ৭+২+৭ = ১৬ |
| | সঙ্কীর্ণ | — $|_{৯}0_{৯}|$ | — ৯+২+৯ = ২০ |
| রূপকতাল | চতস্র | — $|_{৪}0$ | — ৪+২ = ৬ |
| | ত্রিস্র | — $|_{৩}0$ | — ৩+২ = ৫ |
| | খণ্ড | — $|_{৫}0$ | — ৫+২ = ৭ |
| | মিশ্র | — $|_{৭}0$ | — ৭+২ = ৯ |
| | সঙ্কীর্ণ | — $|_{৯}0$ | — ৯+২ = ১১ |

| তালের নাম | জাতি | রূপম | মাত্রা সংখ্যা |
|---|---|---|---|
| ঝম্পতাল | চতস্র | — $|_৪$ ◡ 0 — ৪ + ১ + ২ | = ৭ |
| | তিস্র | — $|_৩$ ◡ 0 — ৩ + ১ + ২ | = ৬ |
| | খণ্ড | — $|_৫$ ◡ 0 — ৫ + ১ + ২ | = ৮ |
| | মিশ্র | — $|_৭$ ◡ 0 — ৭ + ১ + ২ | = ১০ |
| | সঙ্কীর্ণ | — $|_৯$ ◡ 0 — ৯ + ১ + ২ | = ১২ |
| ত্রিপুটতাল | চতস্র | — $|_৪$00 — ৪ + ২ + ২ | = ৮ |
| | তিস্র | — $|_৩$00 — ৩ + ২ + ২ | = ৭ |
| | খণ্ড | — $|_৫$00 — ৫ + ২ + ২ | = ৯ |
| | মিশ্র | — $|_৭$00 — ৭ + ২ + ২ | = ১১ |
| | সঙ্কীর্ণ | — $|_৯$00 — ৯ + ২ + ২ | = ১৩ |
| অটতাল | চতস্র | — $|_৪|_৪$00 — ৪ + ৪ + ২ + ২ | = ১২ |
| | তিস্র | — $|_৩|_৩$00 — ৩ + ৩ + ২ + ২ | = ১০ |
| | খণ্ড | — $|_৫|_৫$00 — ৫ + ৫ + ২ + ২ | = ১৪ |
| | মিশ্র | — $|_৭|_৭$00 — ৭ + ৭ + ২ + ২ | = ১৮ |
| | সঙ্কীর্ণ | — $|_৯|_৯$00 — ৯ + ৯ + ২ + ২ | = ২২ |

| তালগী মমিঙ্ | | জাতি | | খুদম | | মাত্রা মশিঙ্ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| একতাল | | চতস্র | — | \|৪ | — ৪ | = ৪ |
| | | তিস্র | — | \|৩ | — ৩ | = ৩ |
| | | খণ্ড | — | \|৫ | — ৫ | = ৫ |
| | | মিশ্র | — | \|৭ | — ৭ | = ৭ |
| | | সঙ্কীর্ণ | — | \|৯ | — ৯ | = ৯ |

মথক্কি অসিগুম্না মখোঙ্গদা মপুঙ্ ওইবা তাল অরেৎ অদুগী অমমম্না জাতি ৫/৫ অমুক পুথোক্লুনা তালগী জাতি ৩৫ থোক্লা অমুক পুথোকই. অস্নুম্না পুথোকপগী মওঙ অসি জাতি ভেদগী মতুঙ ইন্না পুথোকপা কৌই। অসিগী তুংদা গতি (খোঙচৎ) খেন্নবগী মতুঙ ইন্না অমুবস্তু জাতি অমম্না ৫/৫ অমুক থোক্লা পুথোক্লকই অস্নুম্না পুথোকপগী মওঙ অসিবুনা "পঞ্চগতি ভেদ হাঙ্গনা কৌই। অদুনা পূন্না তাল মশিঙ ৩৫ X ৫ = ১৭৫ থোক্লা তাল মশিঙ পুথোকই মতুগী মওঙ মথাদা উরগনি। অদুগা মরম অমনা মথক্তা উৎপ্রবা তালশিং অসিদা শিজিন্নপ্রবা খুদমশিং অসি অহুমথক্তনি মাদুদি :- লঘু। দ্রুত ০, অনুদ্রুত ◡, অসিথক্তনি। লেমহৌবা খুদমশিং অদুদি, ঙৈশেদদি পঙ্না শিজিন্নদে অদুগা জগোয়দদি য়াম্না শিজিন্নে অদুগুম্লদুনা তালগী মমুংদস্তু মথক্কি খর অসিদা ঙৈশেদা শিজিন্নরগা অতৈনা জগোইদ শিজিন্নে।

ঐখোঙ্গীনা খণ্ড্রে. মাঙ্কুদি তাল অমনা জাতি ৫ থোক্না পুথোকই, অদুদগী গতিভেদগী মতুঙ ইন্না অমুক জাতি অমমন্না ৫/৫ থোক্না পুথোক্লবদি, তাল অমদগী ঐখোঙ্গীনা ফঙ্গদবা মশিঙদি ১×৫×৫=২৫ তাল মশিঙ ফঙ্গনি। অদুনা তাল ৭ কীদি ৭×২৫=১৭৫ অসিনি। হৌজিক পঞ্চগতি ভেদগী মতুঙ ইন্না করম্না পুথোকপগে হাঙ্গীবা অহু মখাদা উৎলি।

## পঞ্চগতি ভেদগী মতুঙ্‌ ইন্না অটতালগী মওঙ্‌ ২৫

জাতি — থুদম — মাত্রা — গতিভেদ —গতিভেদগী মতুঙ ইন্না ওইগদবা মাত্রা মশিঙ।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| চতস্র — ।৪।৪ 00— ১২ | চতস্র | — ১২×৪ | = | ৪৮ |
| | তিস্র | — ১২×৩ | = | ৩৬ |
| | খণ্ড | — ১২×৫ | = | ৬০ |
| | মিশ্র | — ১২×৭ | = | ৮৪ |
| | সঙ্কীর্ণ | — ১২×৯ | = | ১০৮ |
| তিস্র — ।৩।৩00— ১০ | চতস্র | — ১০×৪ | = | ৪০ |
| | তিস্র | — ১০×৩ | = | ৩০ |
| | খণ্ড | — ১০×৫ | = | ৫০ |
| | মিশ্র | — ১০×৭ | = | ৭০ |
| | সঙ্কীর্ণ | — ১০×৯ | = | ৯০ |

| জাতি | খুদম | মাত্রা | গতিভেদ—গতিভেদগী মতুং ইন্না ওইগদবা মাত্রা মশিং |
| --- | --- | --- | --- |
| খণ্ড | \|৫\|৫ 00 | ১৪ | চতস্র — ১৪ X ৪ = ৫৬ |
| | | | তিস্র — ১৪ X ৩ = ৪২ |
| | | | খণ্ড — ১৪ X ৫ = ৭০ |
| | | | মিশ্র — ১৪ X ৭ = ৯৮ |
| | | | সঙ্কীর্ণ — ১৪ X ৯ = ১২৬ |
| মিশ্র | \|৭\|৭ 00 | ১৮ | চতস্র — ১৮ X ৪ = ৭২ |
| | | | তিস্র — ১৮ X ৩ = ৫৪ |
| | | | খণ্ড — ১৮ X ৫ = ৯০ |
| | | | মশ্র — ১৮ X ৭ = ১২৬ |
| | | | সঙ্কীর্ণ — ১৮ X ৯ = ১৬২ |
| সঙ্কীর্ণ | \|৯\|৯ 00 | ২২ | চতস্র — ২২ X ৪ = ৮৮ |
| | | | তিস্র — ২২ X ৩ = ৬৬ |
| | | | খণ্ড — ২২ X ৫ = ১১০ |
| | | | মিশ্র — ২২ X ৭ = ১৫৪ |
| | | | সঙ্কীর্ণ — ২২ X ৯ = ১৯৮ |

মথক্কি অসিগী মওঙ্‌দা লেমহৌরিবা তালশিং অতুগীশু পুথোকই। মসি মশিংতশা লৈবতনি মখোঙ্গীশু লোইনা শিজিন্নদে।

কর্ণাটকি তালগী মরমদা মখাগী রাকম খর অসি ছাত্র-শিংনা খঙ্জিল্লগা য়াম্না কানগনি মাদুদিঃ—

১। কর্ণাটকি তালদা লঘুগী মাত্রা মশিঙ্ অসি জাতি ভেদগী মতুঙ ইন্না হোংই।

২। লৈরম্লিবা তাল অদুদা য়াওরম্লিবা খুদম অদু মখৈগী ভরি তাল ওইগনি (তাল থাগনি)।

৩। মখোঙ্গী খালি লৈতে।

৪। তাল খুদিংমক সমদগী হোই।

৫। কোক ওইবা তাল মশিঙ্ তরেৎখক্কনি।

৬ তাল খুদিংমক্কি জাতি ৫।৫ লৈ অদুনা জাতি ৩৫ নি (৭×৫)

৭। জাতি অমমমগী গতিভেদগী মতুঙ ইন্না ৫।৫ অমুকন্না পোক্লকই অদুনা ৩৫×৫=১৭৫ নি।

থাট তরাদগী অহানবদা পুথোকপা রাগ তরা, অমদি মখোঙ্গী মমিঙ্ অদুমক লৌদুনা থাটশিংগী মমিঙ থোনখিবা, অদুগুম্বা রাগ তরা অদু মখাগী অসিনি, মখোঙ্ অসি আশ্রয় রাগনি, মাদুদিঃ—

১। য়মন, ২। বিলাবল, ৩। খমাজ, ৪। ভৈরব, ৫। পুর্বী, ৬। মারবা, ৭। কাফী, ৮। আসাবরী, ৯। ভৈরবী, ১০। তোড়ী অসিনি। থাট তরা অমসুং রাগ তরা, অসিগী খেন্নবা মখাদা উৎলি।

| ঠাটকি সপ্তক | | সম্পূর্ণী স্বরূপ রাগণী সপ্তক |
|---|---|---|
| ১। কল্যান— সা রে গ র্ম প ধ নি সা | ইমন | আরোহ — সা রে গ র্ম প ধ নি র্সা<br>অবরোহ — র্সা নি ধ প র্ম গ রে, সা। |
| ২ বিলাবল— সা রে গ ম প ধ নি সা | বিলাবল | আরোহ — সা, রে গ, ম, প ধ নি র্সা<br>অবরোহ —র্সা নি ধ প ম, গ রে সা। |
| ৩। খমাজ— সা রে গ ম প ধ নি সা | খমাজ | আরোহ —সা গ ম, প ধ নি র্সা<br>অবরোহ — র্সা নি ধ প ম গ রে সা। |
| ৪। ভৈরব— সা রে গ ম প ধ নি সা | ভৈরব | আরোহ — সা রে গ, ম, প ধ নি সা।<br>অবরোহ — র্সা নি ধ প ম, গ রে সা। |
| ৫। পূর্বী— সা রে গ র্ম প ধ নি র্সা | পূর্বী | আরোহ — সা, রে গ, র্ম প ধ নি সা।<br>অবরোহ —র্সা নি ধ প, র্ম গ, রে সা। |

